সেন্দ্রাগী

# "লৈনা পরেং"

( কবিতা ৪০ )

***

হেকচয়ে
লেংজয়ে লৈজয়ে
খনজয়ে নিংজয়ে ম্নাবিয়ে
হয়াওজয়ে পামজয়ে লেপচয়ে ওইজয়ে
হুকচয়ে সেন্দ্রাগী, "লৈনা পরেং," পেনজয়ে।



ফোংদবী—

সেরাম্ মণিলৈমা দেবী,
নোংমৈবুঙ লৈকাই,
ইম্ফাল।

মথুম য়েক্রপা—

আর, কে, নোঙ।

ব্লোক শাবঃ—অঙোম তোম্বা [এ,টি]।

অহানবা থোংবা—জুলাই, ১৯৬৯ ইং
কপী ১০০০ অমা তনি।

মমল—লুপা ১·৫০

Printed at :—The Seven Union Press, Paona Road, Imhal.

# 'ধন্যবাদ'

শ্রীসেরাম ইন্দ্রজিৎ সিংহনা ইবা সেম্ভাগী, "লৈনা পরেং", কৌবা শৈরেং লাইরিক পাম্বে। ইরিবা নহা অসি চহী য়াম্না নৌরি। মতুনা লাইরিক অসিস্থ মহাক্কী পুন্সীগী অহানবা শৈদম্নি। লাইরিক অসিদা মহাক্কী শৈরেং কয়ামকুম চোইজাইনরবা লৈখল কয়াগী লৈনাশিং পরেং লেংশিনবগুম চেকশিন্না লেংশিল্লি। কবি নহা অসিগী অহানবা খুধা ওইবনা চীংমাইদগী ইমাই পাখোক্লা লমকাং য়াম্না চেম্বরকপা ঈহৌগুম ইঙাও ঙাওবা ইফা কাদোক-পস্থ য়াওদবা নত্তে। অহিবু ইচেলনা লেপত্রবদি তম্পাক য়ৌরকপদা চীঙংলেম্না ফজরবা মপুক তপ্লবা তুরেলগী ঈচেলগুম নিংখিজরবা শৈরেং কয়াস্থ মতুংদা নহা অসিদগী আশা তৌরি। কবি নহা অসিনা মরম্নাইগী ওইবা তোপতোপ্পা রাখল, তোপ তোপ্পা শৈলীদা মাগী শৈরেংসিং অসি পুখোক্লাক্লি। শৈরেং ইবগী হৌজকী অনৌবা ঈচেল অসিদা ফজনা লুপশিনাখবনা কবি নহা অসিনা ছন্দগী অকা অপুনবদগী লাপ্পঃ চেম্বোক্লগা হায়-নিংবা রাহৈ পুম্নমক মনিং তম্না হায়নবা হোৎনৈ। অহুমকপু মাগী নিপালশুবা লৈনা 'পুন্সী' হায়বা শৈরেংদ হৌবদগী লোইবা কাওবা অনুপ্রাসফা ঈরোঈননা চৎলি ; পাবদা তাবদা নুঙাইহল্লি। কবি নহা অসিনা য়াম্না রানা খিজরবা লৈনা খরগী পরেং মৈতৈ সাহিত্য লাইব্রেরী ইমাগী ভক্তা হুকনি পুজরক্লিবা অসি পল্লেম্না লৎনদনা লৌশিনবিপল্লু। মৈতৈ কবিশিংগী মরক্তা চংজনিংহনবা খাঙগী নাতৈ কাঙহনা মূনা য়েংলক্লিবা নহা অসিবু এনা হরাওনা, নুংশিনা অমস্থং তরাম্না ওক্লি।

ইতি—

তাং ৭। ৭। ৬৯ ইং
ইম্ফাল, মণিপুর।

শ্রীণীলবীর শাস্ত্রী।

# 'ৱা-খৱা'

শ্রীমান সেরাম ইন্দ্রজিৎ সিংহনা ইবা সেন্দ্রাগী, "লৈনা পরেং" কৌবা শৈরেং নিফু পূনবা লাইব্রিক মচা অসি মৈতৈ সাহিত্যগী লৈকোলদা অনৌবা খুদোল অমনি।

শৈরেংশিং অসি নহা ওইরিবা শৈরেংবগী পুক্লিংদা নৌ-হৌনা কল্লা লাকপা ঈগৌদা ইথোকপা লোইবনি অমস্তুং লোইননা ফোংলকপনি। মরম অসিনা কাব্য শাস্ত্রগী চাং য়েংবদা রস, ছন্দ অমদি ৱাহৈ লৈতেংনচিংবদা মখল মথেলগী য়াংতকপা মওং উবস্তু ওইথোক্তবা নত্তে, মশানা তাবনি। অদুম ওইনমক অৱাবগী চৈথেং ফংবদগী লমচেৎনা মওং কক্তদনা লমথুং ফিরাল থেৎলবদি, মঙোন্দা মায় পাকপগী মনা পীবগুম তৌরকপা থবক অসি উবদা শৈশকপবু থাগৎতকুনা তুমিন্না লৈথোকপা ঙমদে।

লমকাংলবা অমদি ঈরৈ-ঈথিল কল্লবা তাইব' লম্বীনি। লম্বী অসিদা চৎপগী ময়াইদা লুপ্পা ওইদুনস্তু লাইব্রিক মচা অসিবু খোইদানা পাবিরবদি কান্নবা থরদি ফংগদ্রে হায়না আশা তৌই।

ইতি—

শ্রীহজারীময়ুম গোকুলানন্দ শর্ম্মা
প্রধানাচার্য্য,
ৱাংখৈ রাষ্ট্রভাষা, মহাবিদ্যালয়,
ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
তাং ৪ । ৭ । ৬৯ ইং
ৱাংখৈ, থাঙ্গপাৎমপাল।

# ফোংদোকনিংবা ৱারোল খরা

"লৈনা পরেং" কৌবা শ্রীসেরাম ইন্দ্রজীৎ সিংহগী শৈরেং লাইরিকঅসি পারে। লেখক্না শৈরেংশিং অসি অনৌবা য়াউলগী ফিদম লৌনবা হোৎনবগী মমি লাইরিক অসিদা উৎলি।

মুংশিৎনবু শিৎলবদি উননা লেংদবা হৌনব্রা? পাম্মু -পামজরবদি শিঞ্জংলগা খুৎলোয়রক্কনি। কনাগুম্বশিংনা হায়রৈ, কবি ওইবগী গুণদি পীখোরকপনি। মসিস্থু চুমদবা নত্তে, পীখো-রকপদা হোৎনবস্থু খয়া চংদবা য়াদে।

লেখক অসিগী তোপ তোপ্পা মত অমা লাইরিক অসিদগী উবা ফংই। মমি অমস্থু তারি। নোংমা নঙ্গগা নোংমা হোৎ-নবা অমস্থং চেকশিনবদগী কান্নবা য়াবা ফিরেপ অমদি লেখক অসিগী ওইরকখিগনি। অয়োয়বা ওইনা, লাইরিক অসি পাবা য়ারে; লেখক অমা হেনগৎলকপনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কৈগী লৈচলনি। লাইবক খীবা অমনা, হৌজিক্কী সমাজদা শৈরেংগী লাইরিক পাবীনবা ৱাৎলিবা অসিনি।

কলেন্দ্র সিংহ

জেনেরেল সেক্রেটরী,

মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা।

ইম্ফাল,

তাং ৮ জুলাই ৬৯ ইং।

# ৱাহৌদোক

(১) লাইরিক্কী মওং :— ইজরিবা লাইরিক সেজ্রাগী, "লৈনা পরেং" হায়বা অসি হৈথোই শিংথোইবগী মওংদা পু-থোকচবা নৎচদে, অস্লম করিগুম্বা কগজ্র খনজবা ৱাখলগী লমজীং পাম্বৈনা সংসার অমস্লুং সমাজদা তৌরি খোৎলিবা থৌদোক -স্লুংদোক কয়াবু অশম্বা অমদি অচম্বা মওংদা য়ারগজ্র খনজত্না লানথোকচবনি।

লাইরিক অসিগী পান্দমদি চাকখৎক্লিব মৈবু মুৎনবা ঘীগী মহুত্ত ঈশং হৈখবগুম মীওইবা সমাজদা বিজ্ঞানগী এটোম বোমন-চিংবগী মৈরিগী মৈশা খাংননবা কোইচেল চেন্নরবা মতমসিদা ঈশিং জ্রোপ অমত্তংদ ওইরবস্লু হৈখজনিংত্না, ৱাখলগী মঙাল অমদি খম্মোইগী শক্তিবু অঙম্বা উপাইনা চিংথোকচত্না ময়ামগী মাংদা থেনজবনি।

"সেজ্রা", হায়বা মিং অসি অশম্বা অমদি খুৎলোয়গদবা মওং ওইননবা লৌজবনি, হৌজিক্কী মতমদা ঙাংবদা, ইবদা, চাবদা, থবক পুন্নমক্ত অমনা চামাগী মহুৎ শিনবা য়াবা মওং পুথোকফরবনি হায়না হোৎননরিবা মরকসিদা করিগুম্বা ঙমজ্রবস্লু য়েংবদদি য়েংলমগে ৱাখলনা লমজিংত্না চৎচবনি।

"লৈনা পরেং", মণিপুরী সাহিত্যগী মাংলমচৎকী ভাবকী মতুং ইন্না শৈরেংবু লৈরাংগা চাংদমৈ; ইজরিবা শৈরেং খরাস

লৈরাংগী গুণ চেনকাৎখিরোই খনজন্নুনা "লৈরাং পরেং"গী মহুত্ত "লৈনা পরেং" হায়না খোনজবগা লোয়ননা, ময়ামগী গুকশমদা নহানৈঙদগী শিবিরক্লবা কামিনী, কুশুম, কুন্দোনচিংবগী পরেং-শিংগী মরক্ত মনম য়াওদ্রবস্থু অনৌবা মথলগী পরেংনি খনবিদ্ধুনা রাংলেন মিৎকুপমত্তং খোনবিরবদি, থম্মোইনা পেনজগনি।

[ ২ ] খংহনজবা— লাইরিক অসিবু মীরক তিলহননিংবনা সাহিত্যগী মাইকৈদ', হোৎনজখি লৈজবা শক্তিনা; মহুগী মথক্ত মরুপ মৈনম অচৌবী, পেচিময়ুম কোকঙাং সিংহ ["লিক্লাং পরেং" ইবা ] অমস্থং ইয়াম্বা সেরাম বসন্তনচিংবনা পাংকম খোকপা মঙংদা মতেং পাংবিরকই।

মতুংদা, য়েংহনজরুই মতিক চারবা ওঝা শ্রীনীলবীর শাস্ত্রী, শ্রীগোকুলানন্দ শর্ম্মা লোয়ননা "মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভাগী" জে: সে: শ্রীকলেন্দ্র সিংহদা, চেন্দোক্ল মত অমমম ইবি-রক্লবস্থ হায়জরুবদা হরাও হরাওনা পীবিরক্তুদা অইববু থৌনা পীবিরকই।

লৈনা পরেং অসিবু থিজ-খোৎচন্থনা ময়ামদা হুকচনবগী খনজয়িবা সন্দ্রাবু মুং-পালগী মতেং পীবিরকপশিংবু থাগৎচরি।

কবিতা ৪০ অসিদা ভক্তি, প্রেম, কামনচিংবগী মরমদা ভাবনা শাজখোৎচন্থনা লেংশনজবনি, ম'সগী মশু'দা লৈনা "২০ শুব্রা শতাব্দীগী কবি"; "ইথোইহু ইথৌনি' হায়বা অসি মথংশিৎনা

"সীমান্ত পত্রিকা"গী জুন তাং ১৫, ২৯ ; ১৯৬৯ ইংগী চেকোংদা ফোংজখ্রে অহুগী মথক্ত অভোপ্পা লৈনা থরম্ব মেগাজিন থরদম্ব ফোংজপ্রবনি।

লাইরিক অসিগা মন্নুংদা বনান, অমম্বুং রাহৈ রাতাদা অশোই-অঙাম য়াওরম্লোই হায়ব্ভমদে, পাবিরিবশিংনা তাকপি-তিকপিরকপা পুম্নমক খোইদানা লৌজম্বনা মথংগী খুৎনমশিংদা চুমথোকচগনি ; খ্বাইদগী মরুওইনা থম্বহনিংজবদি "লৈনা পরেং" নি হায়বা অসিনি।

অরোইবদা, লাইরিক নমকম, ইতেং পাংবিখিবশিং অমদি মসিবু পাবিরিবশিংদা অইবনা মতম পুম্নমক্ত ইতেং পাংবিনবা হায়জরি।

অইবা।

তাং ৯। ৭। '৬৯ ইং
ইম্ফাল।

# হিরম লামাই

সেন্দ্রাগী

# "লৈনা পরেং"

## ১। 'নহা'

খোংথাঙ্গী ওয়ারা য়াংলবা চীংথক্কী শাংলবা লম্বীদা
ত্রেক য়াও'খদে মথন্তু খুত্রিক খুরবা মকমদা।
খোমিনগী মীরক্তা মন্দিলা য়াওদনা মহাক্কি
পেংজল্লুরবাদ খুদোংথিনা, মাংগান মপুস্স পুম্নমক্কি।
পুম্নমক্ত ইম্ব.ঠনা হেক্ক থম্মীদা
ষ্টেও য়াওদবনা তম'কম থু'দংদা
ত্রেক, মন্দিলা, ষ্টেও—
ক্ষাদে, থিংদে, ওাক্তে! নহানা !। পু'ন্সদা ॥
ব্রহ্মচারী ওইত্রনা মতম থম্ব, হোৎনৌ লাকশিনবা
উমগানি পুম্নমক থংবা—তৌবা কাওগন্নু পাথোবা।
যোগাসন ক্ষমউ চাং নাইনা মরুপ
তাম্হোকখো মন্দিলা'গুম ইথক ইরাংগী কাংলুপ।
অহিংসাবু কাম্ভিগন্নু, ভমজো গান্ধীজী

---

"হিংনদবগাদমক চাও, চানদবগীদমক হিংগন্নু।"—M.K G[illegible]dhi

চেৎনা লৈঙমগনি পুন্সি হয়েক্নো।
ব্রহ্মচার্য্য, যোগাসন, অহিংসা
ঙাকউ, ফমউ, তৌজো! নহাক্না!! পুন্সিদা॥
শিন্নহৌরো ব্রেক—ব্রহ্মচার্য্যগা;
ওন্নহৌরো মন্দিলা—যোগাসনগা;
শিন্নহৌরো ষ্টেণ্ড—অহিংসাগা;
থোরো খিল্লগনু থৌপাংবা, পুন্সিগী পম্বুং পন্থেংত্রিক্নাও।

---

## ২। 'মায়াসিদা নং!'

পাইরিবা লৈচিন নোংথক্কে
য়েৌদৌরি কদায়দা করিগী
খল্লিবা রাখল নহাক্কে
ওইরি লৈচিনগুম কনাগী
লৈচিন রাখল তিন্নখ্রে।
কুইরবা মতম কৌরনি
নংবু ঐনা কাওররোই
নোংলৈ কয়া লাকনি
চৌংগুম ঐদি লেংলরোই

---

"পোথাবা হাম্নবসি অমাংবনি।" —Pt. Nehru

নোংলৈ চীংগা চাম্নপ্রে।
লেপ্পাইত্রবা ঈচেল সংসারগী
নংগী রাখলনা হাংলরোই
তাওরিবা ঈচেলদা মায়াগী
পুম্নমক অরেম্বনি খংখিরোই
ঈচেলসে মায়ানি সংসারগী।
তাইবংগী কল্লবা খোংলৈদা
ঐসু তাওখরি কাওদেনে
নংসু মায়াবীনি তাইবংদা
কাওকদে পাঙ্কলশোনবী ইরৈনিনে
খোংলোই ওইসি পুন্সিগী।

## ৩। 'এগী মওং'

শান্তি পাম্লুই ফংগে নিংলুই ফংওমদে
সাধু ওইনিংলুই উমংদা কম্লুই ওইওমদে।
তাইবং মায়ানি খংই নিংই থাওমদে
সংসায় ইরৈবু উরুই লেপ্লুই কাওমদে।
মহাত্মা কয়াগী পুন্সি পারুই ওইনিংলুই

"মহাত্মা ঈশ্বরগী মমিনি।"　　　—Plato

হিংসাগী ইপোম্না কুপ্পে খংঙমদে লুই।
অকাওবা মী অচৌবা কয়াবু তমজক্কই
তম্নমজ্রমাল্লে লাইবক্তা অমত্ত ওইয়ু, কল্লকই।
আঃ ঐ! নংগীদমক খনবদা পোত্থাদরে
সংসারসে নংনা ওইনিংহল্লি ঐগী কভাওনরে।
কনামত্তবু য়ুংশিদে, পামদে ··· তংশনদি ভাওরে
পুম্নমক্কম্ভু মুংশিবিদে ঐবু কবির্গানো খংদরে।
নংগী মায়া ঐনা মায়াবী ওইদবান
ঐবু য়েংবিরী মযামশুনি নহাক্না মপুনি।
লুরবনি ঐগী অয়াইবান নংগী প্রেম্বাকানি
মওংম্তু ঐগী ওইহনবনি নংনা অভকপনি।
"অল্লা, কৃষ্ণ, খৃষ্ট পুম্নমকাসবু নংলা?
ঐ! সংসার পুম্নমক, নহাক্কী খুৎশেম্না?

---

## ৪। "নৌকাল"

থূমজল্লো বাইবল, শোক্রুম্বু গীতা
কাক্কৎলো রাজনীতি, শোক্লো অর্থনীতি।
বাইবল, গীতা—খৃষ্টান, হিন্দু
জাতি, বিজাতি—রাজনীতি, অর্থনীতি॥

"অভানবনা অচুম্বগী খুদমনি।" —J. K. Lowell

কুরান চৎনন্রে, গ্রন্থসাহেব য়েংবিন্রে
সংস্কৃতি য়োকখৎলো, সেবা'রো দর্শনি।
কুরান গ্রন্থসাহেব—মুসলিম শিখ
সংসার সমাজ—সংস্কৃতি, দর্শনি॥'
ধর্ম্ম কান্নকন্রে, অহিংসা পাওথোক্রে
শিক্ষা চাওখৎপা, বিজ্ঞান য়োকখৎপা।
ধর্ম্ম অহিংসা—সন্ন্যাসী মহাত্মা
শিক্ষা বিজ্ঞান—অনৌবা অপাকপা॥
অকবা তৌজো, পুম্নমক তমজো
নিংহুন্নদবা অশেংবা, তন্দবা মীওইবা।
অশেংবা মীওইবা— অকবা সমাজ
ঈচেলদা পন্দব—কংজবা অকবা॥

---

## ৫। 'লোৎখরো চৎখরো'

কামদেব শকহেনবা লোৎশ্রো
মুংশি পোৎপাং লৌরমু
অশেংবা মহাও কংলমু

"সাহিত্য হায়রবসি রাখল খনবা মীশিংগী রাখননি।"
Carlyle.

নংগী মঙং লোৎখ্রো।
মহাদেব কললেনকলবা চৎখ্রো
থুগ্রি, পিস্টোন হাৎনবা
অথুপ অরোন শেংদবা।
নংবু ভাওরে চৎখ্রো।
কামগী তেন্না থারম্মু
শাবী শানৌ সেম্নমু
ভসি শক্তম উৎলম্মু
হয়েং হায়বন্ধ ভাইরম্মু।
মহেশ্বর নংবু শক্তি'বা
হনবিখ্রো, ভাক্লম্মু অপুম্বা
তাণ্ডব জগোইদা পেনবিবা
উরগ: কংলয়োই মুংভাইবা।
"নোঞ্জরি, লেংবিরো থরাহনা
কামগী হিরম পুহনা
ভাকপগী থৌরম থাহনা
কামদেব মহেশ্বর অনিনা।"

---

"আইনগী মরমম্মু আইননি।" —Waller Scott

## ৬। 'নহারোল 'লক্ক'

( নিশা 'হুম )

মুংশিবী অয়ুকী শিঙ্গারৈ
খোইমুবু খোইরেন্নি খনবিয়ু
চিঠি লৎনদনা খোনবিয়ু।
ইচে, কৎখিদ্রেদা খোরক্লে—
একাত্রেন, সাহেব···লাক্লোনে
লুপা···চৎশ্রো ··· হল্লোনে।
লিক্লি কালৈ ময়াইকাবী
তংভুপু তমথিচৈ পনস্থ
( নংতবু মুংশিজৈ বন্ধু )
লৈওরক্কু নাও তম্রাকতু
( হৈখরকউ লাও এহাকস্থ )।
কেল্লোকো মেরাগী সনারৈ
কান্নদবনি হুজিক্ক খংলরৈ।
লাকুনু কৎখিদ্রেদা খোরক্লে
চাক্লবা হায়বস্থ ওইরক্লে।
চৎলগে কালৈ ময়াইকাবী
কৃথক্কা পন্দনা হাপওবী।

"মীৎতাওবা মীনা মীৎতাওবা মীবু লমজিংলবদি অনিমক খোংবান্দা তামিন্নবা শোয়্নদবনি।"
—Mathew

## ৭। 'পুক্লিং 'শা'

নহাক্তি খংলিরোই চান্নবী
লৈরিবা খম্মোইদা ঐহাক্কী
প্রেমিকা ওইনা লৈরিবী
খন্নবনি প্রেমকাসে নহাক্কী, হা চান্নবী।
তোনগ্রবা জীব ঐখোয়গী
করিগী ওইরি নহাকস্তু
কাওর মায়াবু করিগী
খংদ্রে অশেংবা মাবামস্তু, হা জীব।
নুংঙাইবা ওইনা থোইরিবা
নংনা তৌবা পুন্নমক
অফ-ফত্ত-অপুন্বা
থুমহৎলে মসিদা ঐমক, হা নুংশিরেল।
য়েরিদো নাপ্পদা পুন্নমক
কুইগ্রবা তানকমদা হায়খিবা
পুন্সিনগে নং'প্রেমা ঐহাক
তম'কম কয়াস্তু অওইব', হা কাওরব্রা।
রাখল'লান কয়া শাজরুই
মতোল লোম্না তস্নবু
নিংথাইবদা ঐহাক কপচরুই

"ম্যুজিকনা সংসারগী জিব খুদিংগী লোননি।"—John wilson

মংঙাওনহন্রে নহাক্না মংলানবু, হা মংলানচা।
চৎমিন্নসি লাইরৈবাক ইবানি
লৈরুসি মকমন্থদা চিক্লবা
সেবান্থনা কাওন্থনা মায়াবীনি
কৎচসি লৈজবা অপুম্বা, হা মায়াবী॥
নংবু তারিত্র পুক্লিং'খল
খংকে পুক্লিং নহাক্কী
ঐ—নং মখল
অকবা ওইনবা নহাক্কী, হা পুক্লিং'খল।
মীংলেন ওইবি—রি—
ঐবু করম খাংসিবা
লাক্লবী ঐগী—রি···
ঈশ্বর খুৎশেম অশেংবা, হা—রি॥
পুন্নমক চৎঞবগু সংসার
লৈহৌনি খরাইগা নহাক্কা
নংবু কাওরত্রা প্রেমসাগর?
লম্বাগনি পুন্নমক ঐহাক্কা, হা প্রেমসাগর।
মায়ানি মায়াসে ঐখোয়গী
নংদা লেংবিন্নু হায়জরি
লাকচগে মংলান্দা পুক্লিংগী
হাদা "পুক্লিং'শ।" কচ্চরি. হা ঈশ্বর॥

---

"লোলনা রাখলগা কিজোলনি।" —Johnson

# ৮। 'পুন্সি'

পুন্সি পম্বুং পল্লেপকম
লাম্থোক লানশিন লানশিনকম
পনগী পল্লোল পল্লানকম।
কর্ম্মগী করি কমদৌনি
সঙ্গগী শঙ সঙ্গানি
করিবু কিদবা কান্ননি।
গঙ্গা, গীতা, গীরিগুম
খাংগে খল্ল খাংবগুম
গ্যানগী গতি গাম্ভীগুম।
নংগী নকম নরানরাই
তঙ্খোবা তোয়না তনকয়োই
নীতি নিয়ম নিঙাইকয়োই।
ঐগী ঐনি (ইশামক)
শরিক শিরি শামলক
ইতিহাস ঐঙোন্দা ঐমক।
মাংগী মং মঙোন্দা
চাগী চাশিং চরমদা

---

"য়ু খকপদা চুপ্পবা মী অত্তুদি কত্তবা থুদিংমক ওইশিনবদা হৈনরগদবনি।" —Quables

মমি মীশিং মমাংদা।
তাৎ তৌব তমকদে
ঘী ঘাত ঘতনা'কদে
তিন তাল তনকদে।
থাং থাগুম থাদোক্লো
কী কানা কাদোক্লো
থানিল থাবন্দা থবক'ক্লো।
বাঁশি বর বাণিণী
গুঙ য়াওরকপা য়েংগনি
বীনা বসন্ত বাণিণী।

---

# ৯। 'মীওই''শ্বর'

ঈহোয়ে নিংখিয়ে।
পায়ে, মিহোয়ে ময়ামসে।
স'সার অচার
চাজগে, ঐখোয়না অচারসে।
খোবুরেল মীয়েল
পাম্বতনি, ওইদবনি মখোয়সে।

---

"মুক ন্ত্রোপ অমতংনা মশিং লাকগুমজ্রবা য়াখল কয়া পুখোকপা য়াই।" —*Byron*

ঈশ্বর সংসার

খৌবু, খৌপিয়ু ননাইসে।

ঈপাক স্নুংপাক

হোঙ্গগে, তাওঙ্কনা হিনাও:সে।

যৌবন পুন্সি'বন

ব্রহ্মচার্য্যশ্রম, মতাংনি মতমসে।

নংবু ঐখোম্র

কাওকদে, পামহল্লু মায়াসে।

তাইবং মাঙ্গং

ঙ্গাঞ্জগে, পীবিয়ু পুন্সংসে।

ইচা মীচা

গৃহস্থাশ্রম, ওইররে মতাংসে।

অপাম মপাম

ইশাগীদমক্ক, ভায়রে রাখঙ্গসে।

ধর্ম্ম কর্ম্ম

হন্নু'তম, স্নেংহৈদে মওংসে।

ফল ঙ্গল

পান্নুই, উবদা মন্নামসে।

মীওইবগীদমক ঈশ্বর

ঈশ্বরগীদনক সংসার॥

---

"অতনবা হাম্রবাস রাখলবু তুমহন্দুনা খঙ্গান।" Valvenargus

# ১৫। 'য়েংশন্নরবা তাইবং'

নংনা পুম্নমকপু শীনবিরি, য়েংবীরি তাইবংদা
মখোয়বু অমগা অমগা য়েংশন্নহল্লগা,
তৌভম্নবা নংবু, ঈশ্বর হায়না খংনারবা
বিজ্ঞানগী যুগ ওংহনবীরি. জীয়বা যুগ কয়াগী মতুংদা
হে। যিশু! নংবু অশেংবা মচারা, ঈশ্বর হায়বদুগী?
হে। কৃষ্ণ! নংবু ঈশ্বরগী অশেংবা শাইয়োন্না?
হে। অল্লাহ। নংবু তৌভম্নবা ঈশ্বরছুরা?
করিশু খংদে তম'ক্ম পুম্বদা, অশেংবদি কন্নানা,
নংনা থোকহল্লি য়েংথিনবা মখোয় মশেল লাকমিন্নবা
মহাদেশ মঙা করম্না শেম্বীরি করিগী,
মহাসাগর মঙাবুশু থম্বীরি নহাক্ন মসিদা,
হেন্দোক্না—
কোয়হল্লি অতোপ্পা গ্রহ নিপালমম্ন মুমিংকী অকোয়বলা
থরাামচাক, গ্রহ, উপগ্রহ লোয়ননা সংসারগী পোৎলম পুম্নমক,
শেম্বীরি অহানবা, মাংহনবীরি মথংদা, নংগী লীলাগীদমক্ত
".য়ংশন্নরবা", তম'কমনা ওহল্লি সংসারদা,
অঙকপদা য়ায়া ঙকচয়ে ননাইদি, হে। ঈশ্বর
ইপাপ অমসুং ইরালশিং, ঙাকপীয়ু, থোজালবীয়ু নহাক্না
পীবিয়নু চাকথুং রাবনা থল্লবা মকমাসদা ননাইবু
"নংগী নত্রা ঐহাকসু"? পুম'পু ও
"য়েংশন্নরবা তাইবং"! লৌনিংঙ্গে ভীক্ষাদো, ঝুল্লিদা ননাইগী।

"খঙদবা অমম্বা লৈতে অলঙবান।" Shakespeare

# ১১। 'ঈশ্বর অমতনি'

ঈশ্বর অমতনি কৈদৌঙৈদম্ম য়ামদে

অদুবু মীওইবনা মহাকপু মখল কয়া থোরা লৌনৈ
সংসার অমস্তুং তম'কম পুম্বদা ঈশ্বর অমত লৈ
মহাক্তি লোইনাইদ্রবা পোৎশিংগী মপুনি।

ঈশ্বর অমতান কৈদৌঙৈদম্ম য়ামদে

মহাক্না পুম্নমকপু চানবি অদুবু মীওইবনা শেয়াম্না খৈয়ে
হিন্দুশিং, মহমদন'শং, খৃষ্টানশিং অমস্তুং অতোপ্পা
ধর্ম্মগী কা লুপাশংনা মহাকপু তোঙান তোঙান্না থাজনৈ।
হিন্দু শ'না কৃষ্ণবু, মহমদনশিংনা অল্লাহবু, খৃষ্টানশি'না খৃষ্টবু
অমস্তুং ধর্ম্মগী কা'লুপশিংনা ঈশ্ববনি হায়না থাজৈয়ে
অদুবু থাজনরিবশিংদু অশেংব অমত্ত নত্তে
মীওইবনা তোঙান তোঙান্না খঞ্জবনি ঈশ্বর য়াম্না লৈতে।

ঈশ্বর অমতান, কৈদৌঙৈদম্ম য়ামদে

মহাক্না শাঙা পোৎ-চৈ পুক্নমক নিংথিনা শেনবিরি
মহাক্তি থাঙ্গে'শংবা করেঙকবা পুম'পুনি সংসারগী
মহাক্না লোই'নাইদ্রবা তাইবংগী লীলাবু থোকহল্লি অমস্তুং য়েংলি।

---

"থাজনবনা অচুম্বগী ভমথংনি।" Horace

# ১২। 'থরাই'

কনানো নংবু? ইবুংঙোরা ইবুংঙো
ওইগনি করম্না? তাংলিমখৈ নঙোন্দা
অর্থদি মতুগী? চংজরবদা ঐঙোন্দা।
আঃ অতুক নিংখিরিবা? থাদোকপা
লৈতেং, মুংশিবী—ইচা..। মখোয়বুস্ম
চংখিগদবনি খযাস্ত অশিবগী! ময়ামস্ম।
করিগী খল্লি অরাবা, থোপাংঙো
থেংনগদবা নংদয়া অরাবা, মখোয়স্মনি
তাইবং মায়া সংসারগী, থরাইনি।
কনাদনো চংজগদবা ঐনা? অঙকপা
পঞ্চভূতকী হকচাং, লৈহনা, মসিদা
চংজরবদি তাশংনা ক্ষিনতমগনি মঙোন্দা।
রাকদে কৈদৌৈ নহাক, ইবুংঙো
হকচাংবু থাডনা চৎতবনি শোয়দনা
মহাত্মা, খৃষ্ট, বুদ্ধ ··· লোয়না।
থংজরে লোমজ্রবা থরাই। অঙকপা
শন্দোকখ্রি লোইখমত্রবা সাগরদা সংসার,
লাক্লি চৎখ্রি ঈশ্বরগী আচার।
"জয় জগৎ, "ওঁ" জয় আত্মা।"

---

"পাওথুম পিাত্রইদা নহাকী য়েরুববু মশক থডদোকখো"
Canning

# ১৩। 'য়ুম পাল্লবদা খুদোল'

"পুন্সিগী হিনাও তোংহনা
থোৌবোকো মরুপ নবানি
কাওগনু ইশ্বরবু থম্মোয়রনা
মাবু লংবি'ফদে অওইবনি।"

"লৈজদে সনা লুপা মকপ
রারোগনু মহুগীদমক, চেকশিনবিরো মকপ;
সংসারগী ঈচেলদা কল্লবা হোম্ব'বরো
পুন্সিগী মতমদি য়ুবানগীস্থান নিংবিরো',
ব্রহ্মচার্য্যশ্রম থাহনা, কুমলেদো গৃহস্থাশ্রমদা
তোর্ব্বান্দ লৈরম্বা হোল্লোকো ইয়াইদা;
মরুপ মীরাইকদে মাবুদ নহারা
নংগীনি মহাক্সে, খংলবনি সমাজনা;
ঐগী থম্মোয়গী হাপচরি হয়াওবা
লৌবিয়ু নহারা ওইগান অফবা,
লুরবনি মীকুপ খুদং নহাকী
পল্লগনু, পাখংলগনু লীলানি মহাকী;
কুথক্কা কান্নিরৈ থনমউ উরোংবু
প্রেমগী লেংরবা, কজরবা সাক্ষীবু;
"পীজরি অপেনবা, থম্মোইগী ঐহাকী।"

"পেন্দবনা জাতি অমদি মী অমগী চাওখৎপগী ইহান হান্বা খোংথাংনি।" Osear Wilde

# ১৪। 'থোনা'

চংশিল্লু "লাইট বিগ্রেড" নিংহন্নদনা
হনগন্নু "অভিমন্যু" ভুমহল্লু কৌরবশিংবু
কিরুন্নু ম্লেচ্ছপু তকখাইরোনে "পাওনা"
থিল্লগন্নু "ঝাঁসী'নী" কিহল্লো মুগলশিংবু।
মানশল্লগে লাকশল্লগে ইশাগী ইন্দ্রিয়াবু
মাগী থুয়াবু শেংজো পুক্নিংও
পুন্সিগী ঈচেলদা শেংহল্লু থম্মোইবু
সমাজগী মিৎয়েংবু কিরুন্নু থরাইও।
থোনা'বনি "লাইট বিগ্রেড" বৃটিশকী
লিংজেননি অতাংবা "অভিমন্যু" পাণ্ডবকী
থোনানি অয়ংবা "পাওনা" মণিপুরগী—
পাম্মলবীনি "রাণী লক্ষ্মীবাঈ" ঝাঁসীগী।
থরাই, পুক্নিং, ইন্দ্রিয়া ঐহাকী
থোনা'জগে, ওইবিয়ু ঐমক নহাকী
পুন্নমক কংজগে, ওইজগে থরাইগী।

---

"খুদোংথিবা হায়বসি তমথিরব ওকনি।" Burke

# ১৫। 'অচৌবা ওইনিংবা'

ন'বু পাম্মি ময়াম্মা, ঐস্মুনি!
পামজরুই—গান্ধীজী, লিঙ্কনজী, নিউটনজী
হেন্দোক্লা—সেক্সপিয়ার, লেনিন, নেহরুনচিংবা
পুম্নমকপু পামজরুই ওইজগেদি মখল্লুই
অকবনি নিংবনা, অচৌববু পাম্বনা
তম্বা তাবনা গান্ধীজীগী মতৌ
সুপী, শা, হুয়ানবা লৌজরুই;
ওইনিংবনা লিঙ্কনজী, তমাখি মতৌ
খাংপোক্ত, শিংথাইবা, পাওতাক অশেংবনি;
কল্লকচবনা সাইন্স, তমজরুই নিউটনজী
চেবোন, হৈতুপ, অঙ্ক খাক্তনা;
কবিতা, ড্রামা ইজরুহ ওইনিংবনা
সেক্সপিয়ার কবিগুরু, তমজখি মওংশিংদো;
লাকশনবা, লালহৌ পুম্নমকপু পাংথোকলুই
পামজবনা লেনিনগুম জগৎকী অচৌবা;
রাজনীত, রাজাংবা, অন্দোলন য়াওজকহ
নেহরুবু কল্লকচবা, মহাক্লুম ওইনিংবনা
কাহেন্না—সাধু, যোগী, মুনি

---

"নোংমগী চয়া অমনা নোংশা অমদাদ মতিক চায়বান মন্থ মী অমদদি নত্তে।" —C. Fordyee.

কম্মু ই, নিংলুই অচিকপা মকমদা ;
তমাখ—ডাকু, গুন্দা, ফত্তবা
মুল্লুই, হাংলুই, ভাংলুই পুম্নমক ;
তেল্লবা মতাম্ন কাওজরুই যুরাম্না
রাজয়ৌদা খিবদা অভকপা মহাকপু
ওইহৌদ্রে-গান্ধীজী, লিঙ্কনজী, নিউটনজী
কংহৌদ্রে—সেক্সাপিয়ার, লেনিন, নেহরু
'তম'কমদা হ'জরুই, পামজরুই অচৌবা
ঐনা করম্বা ওইদৌরি হায়ভমদ্রে
মীওইবা অভকপা জীব থাজাস
খংলে, কংলে, লেপ্লে, তৌরে
ইখৌ মাংদা তা'ররিবা পুম্নমক
অকাওবা ( অকবা ) খল্লু দ্রে কংগদ্রা !
ফরে ওক্লে, তৌখোক্লম্নে ইখৌদি
গান্ধীজী, লিঙ্কনজী, নিউটনজী অচৌবশিং
সেক্সাপিয়ার, লেনিন, নেহরু অকাওবশিং
সাধু , যোগী, মুনি অহংবশিং
ডাকু , গুন্দা, ফত্তবা অশাবশিং
মীওইবনি মখোয়, মখোয়শুম্বনি ঐহাকসু ।

"ফত্তবা মী থুদিংমক খেন্নবা লৈতে পুম্নমক অঙাং ওইরিঙৈদা লমহেনবা তুহেনবা ঙাক্তনি ।" Clainese proverb

## ১৬। 'পুন্সিগী লম্বী'

লাক্লে হৌ খোঙ্গেলগা
চমম্নবা ভাইবংদা ইথম্ন
য়োকপি থাকপিরে অহল-লমম্না
চাওরক্লে হুম—হুম
তম্লে লাইরিক-লাইশু
য়াওথি অখঙ খঙদ কয়াম্ন
মতমগী ঈচেলস্ন লেপত্রে
ঐগী য়াথলম্ন লেপাত্রে
ভাইবংপুম্নম্ন লেপাত্রে
পোৎ-জীব সংসারদা
লৈথিনি লৈখো হায়রিমথৈ
চাওরক্লে ঐম্ন ইরোইনবা তম'কমগা
অঙাং ওইরিঙৈগী কপ্প-লাওনবা
ফুন-চৈনবা পুম্নমক হোংঅম্বনা
লাক্লে য়োবনগী মতম
লোইনবা অপাম মুংশিগী য়াথল
হোংঅবনি—

---

"ঐখোয়গী খোম্না'শিং অসে মী খুদিংমক্ত মথং মথং য়ৈথিরুবা অম্নম অম্নম লোইবা নাইদনা লৈহোগান।" Tennyson.

অঙাং ওইবগী স্বভাবশিং
নম্রবী, মাৱবল, নাওরী
অঙকপনি ওইরকপনৱা যৌবন
খংহৌদে হোংখি কাবকখিনা
তাওখরি খংঙমদে কদায়দা
লমথুংগনি ?
হোংগ্রে অমুকস্থ পুম্নমক
অঙাংগী স্বভাব, যৌবনগী
স্বভাব কয়া, শাগ্রখোৎনবগী
নুংশি-নুংঙনগী মওংশিং
কুইদে মথং মথং
জ্বর জ্বর অমগী মথংদা অমা
কংলে ইচাগী নুংশি মিনোক
তাররে য়ুমপানবগী লুম্নবা
পোৎলুম কয়া লেপ্তুনা
খামহৌবা ঙমদনা হোগ্রে
নুংঙাইরবা অঙাংগী মতম
তুজুংলবা যৌবনগী খোংকম
ইনাক্ত লৈহৌত্রে, অমত্ত
খুইজল্লক্লে হকচাং, থিজল্লক্লে শক
ঐদা নত্তে, লাকমিন্নবা খোংবুস্নুনি।

"মী খুদিংমক মশাগী মমল লৈ।" —Sir Robert walpole

পুক্নিং রাখল পুমহোং হোংখ্রে
সংসারগী ঈচেন্দা তাওখ্রে
হৌজিক্তি
ইচা-ইপুবু করম্না—
অকবা মীশক, অচৌবা মীওই
অচংবা মী ওইহনগদগে,
মপুং ওইখ্রে রাখলদা ;
কনাবু তেংবাংনিংদ্রে সংসারদা
হংলকই তশুনা, নংগী কনানো ? নংনা
করিনো ?
পীকখনখ্রে কণ্ডবগী রাখলশুনা
খংগুমদে মায়া হায়বতুরা তাইবংগী
ঐগী, নংগী, মাগী
মকমসিদা, মপু মশক খংদ্রবা (লেপ্তবা) ;
ইচা ইপুগী অকবা মওংদা
পেঞ্জে ইথম্মোই হকুখংদ ।
চংগুমলে কাম-প্রেমগী ইরাংশিং
মরক্তু হায়জিল্লকপদনি ওহাকী
ভক্তি, ধর্ম্ম পামজরক্লে পুম্নমকপু
খল্লক্লে হৌজিক্কা করি কায়দবনি ।

---

"চেকশিন্দবদি কোকহনবা গুমদে থোইনত্থম ফংচিললক্কে অত্তবু কংতবা পোংতি শেমজিল্লগনু কহনবা য়াই ।" —Henry VI

অঙকপনি,
পুন্নমক খংহৌত্ত, উহৌই, তাহৌই
থোদোক কয়া কয়া
অঙকপা নোক্সিংবা, সুংঙাইবা
পুন্নমক নং-ঐ-যানা তৌখিব্র ?
নঙ্গে-নঙ্গে ওইখোক্কবনি
ওইদবনি !
"পাংথোকপতনি ঐথোয়দি য়াথংশিংদো—
য়াখলদা,·পুক্নিংনা, পুক্নিংদা
থয়াইনা (ঈশ্বরনা)";
তৌনা তৌনা খিংঙমদে
খংনা খংনা কুইঙমদে
ঐগী লীলা লোইশিন্নক্লে
সংসার লীলা কম্বাকসিদা
ইঙ্খনতা !? ইচা-ইশু, মুপী-অণাং
মরূপ-মপাং, লনথুম অমত্তু পুদনা
কনাস্থু লোইনদনা চৎলগনি … চৎলগনি
ঐগীনা কনানো ? ঐনা করিনো ?
আঃ ! সুংশিদা "থারগনি তাইবং থোরমশিং।"
ওঁ "পুন্সিগী লম্বী", মীওইবা ॥

---

"থংনবদি য়াম্নিমখৈ কৈ, মরূপ ওইবদি হৌনদে।" Sendra

# ১৭। 'করম্না লান্থোক্কনি'

খংঙমদ্রে রাখলনা লাম্বা কংদ্রে
করম্না লান্থোক্কনি নুংশি লাংদগী
নহাগী মতাং ওইবনে পাংঙমদ্রে
কনানো চিংথোকপিরো নুংশি পোননুংদগী।
সংসারগী ঈচেল কনশ্রেদা, খিংঙমদে
ঙমকম থোক্কে কনানা, তোক্লাশরা ?
চংদ্রুরনুসিরা মায়াসিদা ? মায়াবীনা হায়ঙমদে
কনানো লাও পোনাসদগী পাইরাসরা ?
চংশনসিরা থম্মোই পোন্নুংদা হায়রক্লো।
মকম খংদ্রে ঐদি কঙ্গাওনরে
লমজিংগে খল্লিবা রাখল চোংথোরক্লা
হেনগ্রগনি মতম, খিম্বদি য়াদরে।
অস্তুক মথোং'ত্রবা সংসারদা লৈরিবশিং
হায়জরি গাও'ত্রবনা, "কনহিয়ু", ! থীনবিরনু
নখোয়স্ত হায়রিবশিংত্তরা সংসারগী কৌশিং
ইরাক্কমিন্নরসিরা ঈরৈদা ? য়াত্রি খল্লুখিগনু।
খংলে কনামত্তনা কনঙমলোই মপাং'মবু

---

"নুম হায়বসি ( কাম, ক্রোধ, লোভ, মদ, মোহ, ) মঙা অসিদগী লানথোকঙমাত্রবা মীশক'শিংগী বান্দশংনি।" Sendra

কংলে, চংজবতনা শোয়রোই ঈশ্বরদা
কদোমদগী চংশনগনি, তাকপিয় তোল্লববু
উৎপিরো [তাকপিরো] লানথোককখদো থিল্লনা ননাইদা।

---

## ১৮। 'থবক'

হে থবক, জীববু কাম্বিবা
মথল মামখ্রে, তোঙান তোঙানবা
শীকপগীসু শীরা চাওবগীসু চাওহনবা
হো থবক, কনানো কৈদোবা।
হে ভাইবং, মায়ানি হায়নরি
করম্না থংগনি ? অশেংবা ওইরবি
ওসিগী লাকপনি হয়েংদি চৎনরি
হো অওকপা। শকসু ওইরবি।
হে সংসার, নংগী মখুৎদা
ওইরবি থোকহনবা, থনবদা ওকইদা
অচৎ·চত্ত ··· থবকী ··· লীলাদা
হো নগুখ. চাওখ্রেদা থংদেদা।
হে ঈশ্বর নংনবু শীনবনি

---

"শোয়রবা য়াবা মওংদগী কহল্লকপবু অহৈবা কৌই।" Sendra.

ঐথোয়না শাম্নরি, নহাক্না য়েংবনি
অশেংবা অরূবা, মতোন্দা লাইবনি
নশক্তি উইন্দ, মঙন্না ঙাকপনি।
হে তাইবং, সংসার অঙকপা
হো ঈশ্বর ··· পুন্নমক্কী মপা ॥
নংগী শেংলবা, নঙগী কান্নুনা
ঐগীদা থন্নুনা, কংনবা কনানা
অসিবু পামসিন্না! পুন্নমক পামহৈনা!!
ন'ঙন্দি অশেংবা, ঐগীদা লাক্লোনা।
কামগী ঈহোল্ন, হোরকপা য়েমদগী
কনানা থিংঙমল্লি, থবরি জীবগী
কাংশিনা হৈবদা, থাররি লোইবগী
কনাম্ন পুদনা, তন্দবনা ফমফমগী।
চানিংবা চাশিনকদে, হেঙনকদে কৈদৌঙৈ
তোন্নবু লৈবনি, চেকশিনগনি লৌরিঙৈ
মথলদি ইনাক, থম্বগনি থল্লিঙৈ
চীংগী মতোঙম, কোকহাল্লি অহৈঙৈ।
শীরিবা ঐথোয়বা, মঙংদি পাংঙমদে
ওইরিবা কীভয়া, চাল্লবা থনঙমদে

"অকব হায়বন্থ মশক থংলবা মতুংদা নিংহন্নদনা মথৌ তৌরবদা মায় পাকবা হৌনদে।" —Sendra

নংগী নশানা, কনাবু য়েংঙমদে
পাজীনা থনর্থা, কনবা তাক্লমদে।.
"থবক, থবক্তীদমক থারকপা থরাইশিং
চৈকদে লাক্লবা, লাম্বেংনৌ তাক্লিবশিং
"জয় থবকী জয়, জীবগী জয়।"

---

## ১৯। 'জীবা মীওইবা'

হা তাইবং, ওঁ সংসার!
পুন্সি, মীওইবা
কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ
গুণ, মীওইবা
রাজ্য, অর্থ, ধর্ম্ম, নীতিয়াম
চৈতেং, মীওইবা
নং, ঐ, মা ··· ওঁ
চৈহমরী, মীওইবা
কংবা, মাংবা, য়েংখিবা, লুংশিবা
কীভম, মীওইবা

---

"থাইদগী চাওবা থবক পাংথোকনিংলবদি থাইদগী পীকপা থবকপী হোৎবা তাই।" —Sendra

গুরু, সাধু, যোগী, বৈজ্ঞানিক
শাশিন্নবা মীওইবা
মাইথিবা, পাম্বা, মিহৌবা, অশম্বা
দান মীওইবা
শিক্ষা, ধর্ম্ম, অহিংসা, দর্শন
মওং, মীওইবা
কনা, করি, করম, খুশী
থাওমদে, মীওইবা
শান্তি, এটোম, প্রেম, ইঞ্জিন
মীনি, মীওইবা
সত্ত্ব, রজ, তম, গুণ্ গ্রাম
আচার, মীওইবা
"ওঁ সংসার, হা তাইবং,
জীব মীওইবা।"

---

## ২০। 'নুজাগী মংলান'

অমত্তমক লৈবৈ মুংশিজবা
হেয়া কৈনো অযনবু ওকপ্রনে নংশিমা ?
পিথোকধ্বনি থরাই হকচাং কৎথোকধ্বনি

অক-কন্তগী ফলশিং মকমদনি মঙোন্দা ;
মচিন্দদি অস্পুমহেক হায়রদনা নখোয়সিদি
অচুম্ব্নে, মন্তগী সাক্ষী করিনোনে ?
ইতা তাওকো চেকশিন্না
মঙোন্দা ··· ! ছায়ওমদ্রে ইতা ! করিনোনে ?
সুংশিহৈতেদা বিধি-ব্রহ্মা :নাংদম্বা,
য়াকোইগুন্তনা লৈবিরগম্ন প্রেপ প্রেপ হায়রোবা
ইতা অচিকপা মীচিক মীয়াওখোল
তাদ্রবা প্রকৃতি দেবীনা মৌনব্রত
তৌশ্রবদা মানা ঐবু তত্তনা কৌখোকপিখি
খোকচখি ! খোকমিন্নখি অপাম সুংশিগী পোৎয়োম
চামিন্নখি পাত্র অমতদা অয়াম্বদা
অওকপনি ইবানিগী লৈনখিবা প্রেম
অন্নবু হৌজিক্কি ইতা ··· ···
করম তৌশ্রবগে ? সুংভাইরি লৌথরকউ,
মহাক্কি, ঐগীদো ! লম্নানবী অমা
ঐবু মীয়াইবীরম্নগা ল্হোংশ্রবনিনে,
হিংঙ্দনা কান্নরয়োই খল্লক্লে পুন্সিসে, হিক হিক ···
করিগীনো নংবু ভাওরব্রনে ইতা সুংশিবী ?

"মশাবু থাঙৈশেংনা সুংশিবা ওন্নবা মীশক্তো অতোপ্পবুম্ন সুংশিবা ওমলগনি ।"

—Sendra

লাইবক চাওবী পাঙল শোন্‌বী,
করিগীদমক অহুক তোলনিংলবগে ?
ঐনা ওইহন্নিংহুনা ওইখিবা নত্তে মওংসি
হায়নখি ইবানি চেন্নসি, "মা লাকখিদে,"
বিধাতাগী থৌইনশিন্না ওইনহুনস্থ লৈহৌরুরে
বিদায়গী চিঠি য়ৌরকখি মফমদগী মতুংদা
হৌজিক্কি তারেদো চারু চারু খাংবা
হেরা মখোয়দনা বিদায় তৌবা য়াত্র, ঐখোয়স্থ
ঐদকাওবা মঙা শুরংবাসদা, পাম্নক্লি ত্তরুকশুবা অমা
তঙ্গুঙ্খেদা লাইমা নংসিমা, ইতা
ইমাখোয় তাখিনি, তপ্পপ শাসি কৈদোগে
হেরা, কৈতৌগে করে নংহুম নকি শেৎচন্দ্র থুরো
কাহু ঙাইদনা সিনেমা হোলদগী নংনা পাম্ব'মা
অহুবু য়াগজ্রনে ? ঐদি ইকাইজৈ ঙমলোই ...
লাওনে য়ানিনে-মখোয়দি ঐখোয়গীনে, খংচিং চিংই
"অা ! ওস্থোকপনি নিংবা কাইজরবী
মুজাহু 'তাখি কম্নাংদা পুহুপ' মংকাওনখি খুদক্কু।"

"ইথক খোংববু চাংদয়গদবগী মহুত্ত, হেয়া কগনি মখোয়গী খুভম ইনবনা।" —Sendra

# ২১। 'নুপী'

অদাম-ইব ইদেনগী— রাম সীতা মিথিলাগী
ফনবা খনখি মপুরোইবগী—সতী কৌনরি সংসারগী।
রাবণ ফাকখি হুরানবা—শৈতান য়েৌরকখি ইনশিনবা
খয়াস্ত তাখি ফত্তবা—খংখি মীওইবা ইকাইবা।
রাধা-কৃষ্ণগী থরাইনি—হিন্দুনা লাংনরিবা অনিনি
কৃষ্ণগা রাস শায়খিবনি—রাসলোন্দো মখোয়গী লাইশোন্নি।
দ্রৌপদী তালোইনি পাণ্ডবগী—হেলেন তুম্বকম্নি ট্রোইগী
মোনালিসা লোইনবীনি অচম্ব'মগী—সাবিত্রি কিনকম্নি যমগী।
লক্ষ্মীবাঈ রাণীনি অথোইবী—ফাওবীনি শিম্মুংনা পৃথিবী
জোন (আক) অশেংবা লুচীংবী—লৈয়নি লেংদনা থোনাকবী।
কস্তুরীবাঈ পাংখি মপুরোইবা—মহাত্মা গান্ধী অকাওবা
মেরী অতাংবীনি, ওইহনখিবা—লাইনা খৃষ্টবু অশেংবা।
খোইবী থাদোইনি অশেংবা—নিংজখি খম্বন্থ অপুম্বা
সংযুক্তা থাদোইনি অচুম্বা- পৃথ্বীরাজ নিংজখি পুন্সী'স্বা।
পার্ব্বতী তালোইনি মহেশ্বরগী—হেরা লোইনবীনি জিউসকী
যশোধরা শুমহৎপীনি বুদ্ধদেবগী—অমিনা থাজবিনি মহম্মদকী
অকবী অশেংবী নুপীবু—সতীনি চায়নরি মখোয়বু

---

"পিবাফম পামদে, নিংভোলকম্বু কাওহনা; কলঙ্কবদা ওইরম্বু,
কগনি ওইহৌবনা অকোনবন্থ।" Sendra

মুপীনা লংহল্লি তাইবংবু—অরাবা তাহল্লি সংসারবু।
হে জগৎ অঙকপা—ঈশ্বরও পুম্নমক্তা মপা।
ওইহনবিয়্ তুং'পীবুম্ন মাইপাকপা—ওমহনবিয়ু তাইবংবু
ওমহৎপা।

## ২২। 'তেন্না লম্মীং থোনখিবা'

লিগদৌরিবা রারীসে মরমদনি তেন অমগী
মুমিৎ কাপখিবা তেন্দুনি, তাজৈ ময়াম'চিন্দগী।
তেন্না থোরকপা মকমদো খোবাললোমদা লৈরিবা
লমদম্নিদা 'অথোকপম' ময়াম্নবু হৌজিককাও খংনরিবা।
তেন্না খাংতক ক্তোহ্নুনা, অচম্বদি নত্তবনিনা
ওহাক্তং লৈরমকমদো থোনখ্রে 'খাংওবোক' ময়াম্না।
তেন্না চৎকম য়েংনবা অমুক্তংবু রাংখত্তুনা
খংপাই পাইখৎলককমদো থোনখ্রে 'রাংবল' হায়না।
তেন্না কদোম চৎসিগে হায়নবুদি খল্লম্বা
মকমত্তুনি ময়াম্না 'লমদিং' হায়না কৌনরিবা।

---

"সমাজগী চৎলিবা খোংচৎকা ইরোইনবা খোদোকশিংবু সাহিত্যিক ওইবা মওংদা ইবা রারী-লাইরিকপু অকবা মখলগী সাহিত্য কৌই।"
—Sendra

তেম্না খর চৎলুরগা চৎফ'মুক খংলক্কদুনা
লৈরম্বদি মকমদো থোনগ্রে 'রাংজিং' হায়না।
তেম্না থংলক্কদুনা মথোংবু খংপাইবদি পাইদুনা
শমখিবাদ় মকমদো কৌনরি 'শামত্রম' হায়না।
তেম্না অমুক লাংতক্লরককম থোনখ্রিবা ময়াম্না
নিংথিরবা "লাংঙথেল", গুন'বা তেম্নি খংবনা।
তেম্না মথরাই নুংঙাইত্রদুনা খোংনা লাওনা
চৎলম্বা খংনরি মকমদো 'খোংজোম' হায়না।
তেম্না কৈরেং তুরেং পাইবদা ঙম্থোকপান
পনাখ, মকমথদি 'শাপম' হায়না খোনগ্রবনি।
তেম্না লাম্থোক্লবা হোৎনরম্বা খংনরি ময়াম্না
তেকাখিবদি লমদমদো থোনগ্রে 'তেকচম' হায়না।
তেনগী শাফু অঙকপনি তেক্ল'মক্কদা পাইখি
তাখ্রে লৈমাইথক্ত 'তেন্থা' হায়না খংনাখ।
তেম্না তাখিবগা লোয়ননা মাগী রারী লোইশিঙ্গরে
অহল-লমন চৌলোনি, মূর্খনা লীবা লোইজরে।

---

*নুংঙাইনিংবগী ফলদি অমাংবা ওইগান —Sc.dra

# ২৩। 'ওইরক্কদোরিবা'

তত্তুনা শিংলি মুংশিং, হোঙল্লি জীবনা তত্তুনা
শিংলি-শিংবু শিংচিং, তুমহল্লি জীব ঈশ্বরনা।
শেল্লম্মী কজবা মওংদা, থিহল্লে মীওইবনা মসিবু
শাওদোরে থুদক্ক জীবদা, থিংঙম্লোই কনানা শক্তিবু।
হৌরি খংনবা তত্তুনা, নিংলি য়ৈখাইগে কয়াম্মু
শোইরোই তুম্বা লোয়নননা, লাঞ্জদবা মখোয় কয়াম্মু।
শেমগংপা য়ানা তাইবংবু, থুগাইগনি লাইনা কত্তবনা
য়োৗরকপা মতমদা প্রলয়বু, কংগনি কলদো তাইবংনা।
চেংকোকপু মাংহনবনি চগ্রিংনা, কুইররোই মাংলনি পুন্নমক
য়াওরে, ওইরে পুন্নমকনা, য়ারে চগ্রিং ওইবমক।
কনানা কনগনি মসিবু, ঙম্লোই কনানা লম্বাবা
করিগী মাংলনি সংসারবু, ওক্ননি পুন্নমক তেংবানবা।
কজবা ওইরম্ব থিরনি, থিরম্বা শোয়দনা কজরকনি
অথিবা তানকমবু ওইরনি, কজবা থিবগা শিন্নরনি।
"কুইররোই ··· ! ··· !! ফংলরোই মীওইবা লৈজবা"
খংহৌদনা কায়রনি ওক্ননি, কনানা অমুক পান্দোরি
নংনা ফননবা শিনবনি, তুং-মাংবুম্মু উবিরি।
কদায়দা করম্না লৈজনি, হায়রিয়ু তানকমত্তু নহাক্না
ফরে পুন্নমক নংগীনি. তাংজবনি নশাইদা পুন্নমক্না॥

"অরা-মুংঙাই অনিমক, স্বার্গ-নরক্ক নত্তে, পুক্নিং-থম্মোইদনি।"
—Sendra

# ২৪। 'সংসারগী খুৎশেম'

নহাক্না শেম্বিরি জীব পুম্নমক, লৈরিবা সংসারসিদা
খাইদোকপিরি মখোয় অসিবু অক ফত্ত তম'ফমদা।
লৈহল্লি মখোয়বু নহাক্কী স'সার দা অপুনবা ওইনা
লৌবিরি তম'ফম চানা অমুক তো'ঙান তোংঙান্না।
নহাকসে হৈদকো শিনবদা হেনহন্দে অ'ত্তোপ্পা অমদা
রাৎহন্দে অমদম্থু পীবিরি-- শক্তি তোঙানবা মওংদা।
খ'ঙ্গদবা জীব মায়াবীনি, নংনা লৈহনবগী লৈবনি
পুম্নমক কনানা তশেংনা, কনাদগী হেন্নদবনি রাৎনদবনি।
পীবিরি নহাক্না ময়ামদা পাঙ্গল'শিং ··· তান কাইদনা
স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পতালদম্থু, মীচং মীখায় নাইবিদনা।
মপুও সংসারগী, নহাক্ন শিল্লিবনি পুম্নমক অসে
পেহলাল্ল নোংম, রাহল্লি নোংমনা পুম'পুনি নহাক্সে।
খম্বীরি পোৎ-চৈ—কল্লবা, খোৎলবা চাওরবা
পিক্লবা, ফজরবা, থিরবা— নহাক্কী লীলা য়াওনবা।
নিংজ'র ময়াম্না শেরাননা নহাকপু ইতৎ-তত্তনা
নিংলক নিংলকপদা পুম্নমক কৈ'ফত্তে হায়না।
অন্তবু ঙাকপিয়ু নহাক্না জীবশিংনা হায়রিবা তৌরিবা
খংজদন্তনা তৌবনি পুম্নমক, মায়াদা তাইবংগী জেপ্তবা।
".হ ইবুংঙো খংজদে ঐখোয়না নহাকপু করম্বা
ভক্তি ব্যবহার তৌজরগা নহাক্না পেনবিগদগে হায়বা।"

---

# ২৫। 'নুংশিবা'

"মখল কয়াগী পোৎলম্মু শেম্বীরমগি সংসাব মপুন:।"
লৈরবদি নুংশিবা নংনা
কিরুদে ইকাইক্রবে কনাবু
অঙকপনি নংগী নঙুণ
থোকহল্লি নংনা—ঙকচৈ প্রেমীক-প্রেমিকা নুংশিনবা।
মাগী মঙং তুংইন্না
কণ্ডাওনৈ চমৈম্নি সংসার
মোমোন্না শিনাবান্না নংনা
"আঃ চংঙমদে নুংশিব"—শাললাল পুম্ব।
থল্লুদে অতোপ্প করিমক্ত
নংগী মায়া ঈচেলদা
জীবগী মায়া হকচাং
করম্না লমথুংগনি কদায়দা, প্রেমীক প্রেমিকাগী হি।
নংগী নুংশি ঈপাক্ত
অমত্ত থাক্তনা জীবশিং
মান্নবা থুংবিরী খুদিংমক
নংবু স্বর্গদগী লাকপ্রা? পুন্সিবু মায়ানি কাওহন্নবা।
মিহৌদে লল-থুম

"লাইশু মাংখরক্লবা সমাক্সম্ব, মরুদা ঙিক্তা চাশল্লক্লবা পামেল-
গুম্বনি।" —Sendra

কল্লক্তে শক-শুণ
চংঙমদে তাং-পাং
নুংশিবা, অমনা অমবু নহাক্না ময়াম্বু, ঙকচৈ।
য়াথংস্তু ঙাকচগে নহাক্কী
পাওতাকস্তু তাজগে ঐখোয়না
মন্ত্রস্তু কাম্বীয়ু পুন্নমক্ত
নঙোন্দ চংজরোই ঐহাক্তি, ঐবু ওইবিয়ু নহাক্কী।
কোকথোং পুবিরি পুম্নমক্কী
খংবিজ্র নংবু পোত্থাবা ?
হায়জরি ঙহাক্ত পল্লুদা
কনাগী য়াথংনা লাকপিরি শুমহৎনবা সংসারিক পুম্নবু।
অচৌবা নগুণ নহাক্কী
ময়াম্বু শুনা য়েনবিবা
তালোইরা, পুম'থোক্তরবা ঈশ্বরগী
নুংশিগী মপোৎনি পা-পী লেংলে-পাল্লিবা।
নিংথৌ কয়ানা রাণীবু
চাক্লিবা কয়ানা তালোইবু
নংনা শিনবনি পুম্নমক
মাঙৈ নকমদা লাইদ্র-অনং, অশোন অনা।

---

"নোংমদি শোয়দনা শিরখিনি খংনা খংনা কাওনিংনা কাওথোক্লৈ, জীবনা।"
—Sendra

শাবী মানজ পামুবা
থংলেন মানজ পামুবী
নহাক্না অনিগী মপুনি
পুকক্সবা নহাক্কি মুংশিবা, নহাক ময়ামবু ! অঙকপানি

## ২৬। 'অতনবা'

আঃ থৈবোং মথাগী নিপা !
নংবু করম্না মীওইবগী মাথাদা।
খুদোংথিবা ! পুন্নমক খিল্লে
অতনবগী থোংদা—জং জং
তাঙমদে—হাংদোক্লুই, পুন্নমক তুমজখি
অতনবা !
ওনখি পূমনমক "সনা" জিস্না
তনবদগী তাম্থোকখি মনাক্তগী খুদক্ত ;
ঐগীদি নংনা পিরোইদোরি করিমত্তা
ওম্থোকপনি লাইবক, নংগী বয়দগী
তুজুই নংগী মপুংগী শক্তমদি
অতনবা ! ওমজখি নংবু সেয় শাহ

"মীনা মীবু মীওইবগী সনমান তৌনরবদা লান থোক্লোই।"
—Sendra

রাজর্ষি হুমায়ুন। নংনা ওয়দগী
নংগী চৈথেং, থুদক্ত মাংওয়োই
ওৎকনি নিশা, ওক্তবা, কত্তবা
যুম্বানবগী চৈথেং মায়াবী লাকনশিং
অতনবা।
নংবু করম্বা তাইবংগী হিংচাবনো ?
ঐদি খংজদে অয়োনবা মওংদো
"নংগী খয়াত্ত"—চংজয়োই হায়জরি
ওমজগে নংবু পূম্বদা তম'কম
য়ারোম্বু নংনা, তোল্লবা মায়াবী
অতনবা !
মায়াগী ঈপাক্ত, নংস্থু ইরৈনি
নংনা তাৎতোই মায়াবী পূম্নমক
ঐগী খম্মোয় মুক্ত লাইয়ুমদা
তৈবিম্বু নংগী য়াক্লবা কালিবু
তুজরি নখোং থুম্না খম্বালদা
অতনবা।
অহানবা খেনকমদা হয়াওনৈ থরাইনা
কাওখোয়ৈ তুংগী অরাবা চবুন
নংনা তেহল্লি—অচৌ-পিশক

"ঈশ্বর হায়বসি শকখওদবনি।" —Sendra

ওইজগে ঐহাক্তি থম্মাগী শক্তম
পকচরোই নংগী মাম্নাগী লাইজ
অতনবা — ।
"পিনবিবু নংগী লাক্তবগী থৌজাল,
লৌজরোই ভিক্ষা, ঝুলদা ঐহাকী,
ওইজরোই—থৈবোং মখাগী নিপা
থেংনহনলু থৈবোং ননাইগী পুন্সিদা ?"

## ২৭। 'করম্বা মিৎয়েংনো'

য়াম্না 'তিকচাক্তবনি—হোৎনরিবনি চাননবা
মপুং ফাজ্রিবনি—য়াম্না ওইথোককদবা।
ঐহাক কোম্নথোকলুই—থেংনৈ লম্বীদা
মিৎচিনা য়েংলকই—মোমোনলকই ঐঙোন্দা।
মপুং ফারবীনি—পুম্নমক্ত মহাক্তী
মিৎয়েংচু অঙকপান—তুজুংই ঐহাক্তী ···।
হংলুই কদোম'লিবনেঃ— নোক্তম য়েংলকই
মংনি থল্লুগনো ··· থম্মোয়দগী থুরকই।
অহেনবনি ঐঙোন্দগী—অতাবনি ঐহাক্না

"ইশা ইতিক চাবা হায়বসিনা অকবা অাতি ওইনবগী থাই-দগী হানবা পাম্বৈনি।" Sendra

করম্বা অঙকপগী ··· মুংশিবিত্র মহাক্সা
খংঙমদে পংবনা—খংলমনি মহাক্তি
অঙইবরা খম্মোইনা—চম্নহৌই ঐহাক্তি।
ওঝাশুনি ঐহাক্তী ... মুজালক্ত পোকপতনি
য়েংলম্বনি মহাক্তী ... অওইবরা রাহংনি।
করম্নবু হংলুনি—থুপ্লবগী মওংনি
প্রেমগী থোইজিন্নি—কামগী হোরককম্নি।
ঐগীদা খনকদে—মানম্ম খল্লম্ব'য়াই
মথোংবু খংজদে—অসে·বদি হায়ঙমলোই।
মাগী শক্তমদো—থোইদোক্ত নিংথিজৈ
প্রেমগী মগুণদো—ঙস্থোক্লবু তুজংজৈ।
মিৎয়েংদো অঙকপা—আঃ খংঙমক্রে
মাগী অথুপ্লা—অওইবক্ত খল্লুক্রে।
নংগী খুজিন্নি—ঐখোয়না পাংখোকপা
নংবু নিংজনি—মাবু ঙম্থোকপা।
মিৎয়েংদো করম্বা—করম্বা মিৎয়েংনো
মহাক্ত য়েংলম্বা—করিবু হায়বনো
করম্বা' মিৎয়েংনো— মিৎয়েংদো করম্বা
করিবু হায়বনো—মহাক্সা য়েংলম্বা।

"হৈতবনা তৌবা খবক হৈতবনা খংবা রাই।" —Sendra

## ২৮। 'কণ্ডাওনবা'

চাংজো নাইত্রবা সংসার ঈপাক্ত
অপান্থ, মুংশিব, অফবা ···
অমরোমদনা—
পামদবা, য়েংথিবা, ফত্তবা
মখল কয়া কয়াগী মওংলক্তা
মফম থংদনা লৈরিবা
'মীওইবা' নত্রা নংবু
সংসারিক ?
করি করম্বা ফিভম্না
মুংঙাইরি, ৱারি, হিংলি
হায়মু কারয়োই, খুঙ ওইখনা।
খোরক্লে হওঙা খোঙ্গেলগা
চৎখিনি নথন্ত লমকাংলবসিদা
মুংশিদা মীওইব, মায়াগী ইপাকসিদা।
কল্লক্কে, য়েংথনৈ অমগা অমগা
ফত্তনবা শিনৈ মখোয়'শেল
করি কান্নবনো থংদনা
শাগী শাগৈদা লৈরবন্থ
"ঈশ্বরগী জ্ঞানবু ফংওম্বনি"

"মীং হায়বসি তশেংনদি মপানগী নত্তে, মথুংগীনি।" Sendra

হায়নরি মীথোইবশিংনদি
অচুম্বা রাকন্নি হায়শিরা
ঈশ্বর—
কন্নানো, করিনো, কদায়দগীনো !
খংঙমদ্রবা রাকম ওইহল্লসিরা ?
থিজন্দবদি য়াদে, হায়নরি সংসারবু
ঈশ্বরগী থুংশেন্নি, তাইবং মায়াদা
মীথোইবশিংনা হায়খি, হায়রি ···
"অচুম্বদি ঈশ্বরনি"—"ঈশ্বরদি ···
··· মপুনি, মনাইনি" নচিংবা।
কয়গ্বা রাকমবু খাজগনি
ঐসু লৈরুরে মীওইবলক্ত
থিজিন্দবদি অকায়বনি, থিশিরা ?
পুন্নমক ফংগদ্রে, অকব ঙাক্ত
করিবু কংলগা পেনগনি, হায়ঙমদ্রে
অপেনবা ওইরদ্রা, শিরগা
অশেংবা, অকবা, মুংঙাইবা
শেংঙমদ্রবা, কংঙমদ্রবা তাইবংদা
মথোংখংদ্রে ঐদি "কঙা ঙনরে।"

---

# '২৯। আঃ! ও!'

নংগী শক্তম নিংখিবা নংগী নগুণ নংগী
শক্তম, অথুকপা, নগুণ, নগুণ, অচৌবা, শক্তি,
ঐগী মওং অচৌবা ঐনা নশাই পৃথিবী
মওং, অকিবা, নশক্তি, শোনবা, তাংজবা, নিকপা,
নংগী নিংবা অকবা লৈয়েংনা নকমদা য়োৎকে
ঐ, থুংজবা, মওং, খৎপা, ভমজবা, খল্লবা,
আঃ আঃ আঃ আঃ আঃ আঃ
পূন্সি, অরাবা, অমাংবা, নিউটন, যশু, অল্লা,
ও! ও! ও! ও! ও! ও!
যৌবন, ঈপাক, অতোংবা, বিজ্ঞান, শান্তি, কৃষ্ণ,
অপাম্বা সমাজ কান্নদবা এটোম হিংলি আঃ
রাখল, মীওইবা, অয়েম্বা, মাংনবা, ধর্ম্ম, যিশু,
অশেংবা সংসার কাম্নবা পুংখোকপা নংগী ও!
পুক্নিং, মায়া, অফবা, অনৌবা, শক্তি, বুদ্ধ,
কোনশেং অপাম্বা অকবা চাওখৎপা নগুণ সংসার
থরাই, মখাম, অয়েম্বা, বিজ্ঞান, শোঙ্গবা, ঈচেল,
আঃ আঃ আঃ আঃ আঃ তাইবং
য়ুম্বানবা, ঈশ্বর, গান্ধী, নেহরু, হিটলর, মায়া,

---

"লেপাত্রবা সংসারদা লৈরিবাশংদা অয়েম্বা না হায়বা ওতথোক-লোই।"

Sendra

ও !　ও !　ও !　ও !　ও !　খংদ্রবা
লীপুন, চানবিয়ু, অহিংসা, রাজনীতি, লাল, মওং
আঃ ও ! ॥

---

## ৩০ । 'মীওইবা'

শা ঙা কয়া—অচৎ-চন্ত ময়াম
সংসার কম্বাক মায়া—ঈশ্বর মপু খোয়াম।
মীওইবা জীব অমনি—পুম্নমক মাগী মতেং
মথৌ চেকশিনবা মশিন্নি—কনাগীমকমদা অমুক্তং।
করম করি কনাবু—মীবু মীকোক কনানা
চোকথরবা য়েংবিয়ু অহবু—সংসার ইপাক্ত করম্না ?
আচার ওইরিবা ঐখোয়—নংনা হায়ি তম'ফম
করম্না থাগনি মহয়—কদায় চংকম খোককম ?
চৎলু চংশিল্লু হায়বা—রারে-থাকদে নথৌ
করম্বা উপাই ওইবা—মীবু করম্বা নিংথৌ ?
সংসার মপু ঈস্বর—মস্থং মপান শিনবা
ঐদস্থ খাইদস্থ শর—করম্না ওইগনি শেংবা ?
অকাওবা করি কনাবু—খুভম থম্বা লাকইবা

---

"চৈবিয়ু ঐবু য়ারিমখৈ তোয়না মহুনা ঐবু কান্নবনা অমাংবদগী হেলহান।"
Enott

নংনা চানবিবা মখোয়বু—দণ্ডি হাপ্পনি অশেংবা।
হিংসাগী মরক্ত মীচম— অহিংসাগী মরক্ত মহাত্মা
মীচং শেম্নৈ ময়াম—মসিবু শিনবিবা "অমা।"
কনানা নিংখৌ ওইগনি—কনাবু সান্টিষ্ট কৌগনি
করম্না ফলদো লৌগনি—করম্না অফবা ওইগনি।
ৱাহং ময়াম থম্মোইগী— কনাদা চংগনি পাওখুমগী
অয়েংবা হায়বদো সংসারগী—খুৎশেম তাইবং মায়াগী
কাম প্রেম যৌবনগী—অকি-অখং অশোনবগী
পুম্নমক থুংলি খুদিংগী—খণ্ডবা ৱারবা শক্তমগী।
চৈনা হুংশি কয়ানি—জীব-তীল কাংগুনি
মখল য়ামহনবা নশিম্নি—মখোয়না ওইরিবা মওংনি।
অখং-খংদ কয়াস্থু—অশোন-অনা খুদিংস্থু
মখৌ-মুংখৌ তৌবস্থু—য়েংলি ময়াম্মু নংস্থু।
নগুণ অচৌবা অসবু—খংদনা অস্থম মখোয়বু
খংহন উহন্দ থম্ববু—কৌরি মায়া মসিবু।
ঐগী নংগী খনববু—করি করম তৌনিবু
করম্না ফংগনি কনাবু—পীগনি করিগী কনাবু।
তিলহল্লু প্রলয়দা ঐখোয়স্থু— খংলল্লু ৱাবসে ময়ামস্থু
ওহাক পোথাবা হায়বস্থু—য়েংজগে ঐখোয় ওহাকস্থু॥

---

"অহোংবনা পুনশীগী অচৌবা মচানি।" George Meredith

# ৩১। 'কালগী শাবী'নৌ'

ভাদুগা খোংবানবা, লৈরাংগা খোইমুগা
জীলানি অভুকপা, থুক্কৎনি থম্মোই নুং'পান
বরিষাদা মশানৌ খোংবান্দা, ওইরিবা ভাদুনা,
বসন্ত লৈকোন লৈরাংশিং। খোইমুশিংগা।
সিনেমা হোলদা শাবী'নৌ থম্মোয় তিং তিং
নোংবানগা খম্বগা লমজেল ভাম্নবা কাল
পূর্নিমাগী থাবলদা শাবী'নৌ চামথোক্লে শেংলে
কৎনরে কামগী লৈরাং, প্রেমগী ঈশ্বরদা
কাম্লক্লে থবক-থনা ··· ইন্টরভিয়ুদা য়াওকদে
জি, কে; আই, টি; সি: এনচিংবা কালগী পূর্নিমাদা
থৈদোকউ পোৎ-জীব পুম্নমক লম্বীগী
তকচখিনি ফরবা অনিগী অপুনবা শাদোংনা
কারগী কুপ্পি নোংথাং? য়াতোন্দ কিজক্ল
মংলুম্ন নোং তুজুংব্র শম্নাংদো? পাইক্লো
অনৌবা রাখল, অফবা ইন্দ্রিয় পুম্নমক
লংথদোরে কত্রবা শেংত্রবা নরক্ত নুংশিগী
নংবু ঐগীরা? খোদগী মানি। কাউক্লে তিনশিৎমুক্ত॥
কাওরত্র ভিক্ষাদো প্রেমগী? ও: মনিংগী মনুং'ফমদা।

---

গী পাঙ্গনদি রাংতে আনিংবা রাংপনি।" Victor Hugo

চিক্লখিবদাই থাং ? কোহ্লিং কারে চিক্লরগুমসি
কয়ম্না লাইথৈহনগনি। হেয়া—ডাক্তরগী হিদাক
পোক্লবস্থু য়াইনা তুমিন্না—পাৎয়াইদা, ভুমেলপান্দা
ফানরক্লবদি ! ঐবু হুন্দোকপিরমগ'দ্রে ? হেয়া ইয়াই
লাইপোত্তুবো, চেনশ্রগা লোয়রে ঐদা, কৈস্নতোরোই
কাওবিরগদ্রা ঐবু তম'ফমগী ? হেয়া খংদেদা
ইকাইজৈ অথিবা মীনোক্তি, নংদয়া ময়ামস্থানি
নুংশিবা হায়বদো কাওরব্র ? কাওদে লায়নানি
থাদোকপিনু ঐবুদি নহাক্না, কোয় খমসি
ঐ, নংগা থুংনদ্রবদি শিজগনি ইথস্তু
শাওরব্রনে নহাকপু সে তোক্লো, মতম্নি
"ইশানৌ নংবু নুংশিবী—ওাসগী, হিংচাবী-হয়েংগী
শাবী মানজ পাম্মুবা—নহানগী ; হিংচাবা-ওয়াংগী।

"করকখোদা,—
"কালগী শাবী-শানৌ, হোংলক্লো, থিক্লসি
অশেংবা প্রেম, ফংদ্রবদি কৈদৌনি খল্লুরনুসি,
চাবতনা ওইহল্লসি অপেনবা-অশেংবা প্রেমদা
কাওরগুমসি, পুন্সিগী লানফম-তম'ফম পুম্বদা।

"থবক ওইনা উৎপনা মীগী খাইদগী ফবা, রাখলবু কোংদোক-
পনি।" Locke

# ৩২। 'পীরম্মু থম্মোয়'রাং'

পীরম্মু থম্মোই লৈরাং, নহাক্কী
পীগ্রবস্নু অতোপ্পদা হকচাং থম্বাল
কপ্প, মুংশুক্ক, থম্মোইসে ঐহাক্কী
করম্বা বিধি বিধাতাগী মলম ?
চম্লবা মঙং ঐগীনি, তোমাথনবী
চম্লবা তাংবংদা, চমম্লখি মতমহ
"শাজ রাখল", ঐগী তুশোনবী
শহুমনা হুমদোকপ্রে শারম্বা দল ন্দু।
উজবা ফংদ্রে ন'চেংলো ঙসিদি
উমংদা লৈবী—তক্কাগুম ঐঙোন্দা
য়াংলবী থম্মোই ওইরুবগী মহৈদি !
য়ারুরে য়েংহনবা, শেংদ্রবা সংসারদা।
কাগি তৌফদে প্রেম্মু, তম'কমদা
কারম্মু থম্মোই প্রেমদো, ঐ'দমক
নাপ্পদা য়ৈরনি চৎনবী ইকমদা
নাচুংলোই, কিফদে শেংলবদি মহুমক।
য়াকমথোকপনি রাকমসে নংনা, ইশাবী
য়াম্ল তাইবং পুম্নমক্কী মঙ্গলনি

"সমাজগী অরাংবা আশাদি মী অমমমগী লমচৎপুনি।"

Canning

লীশাং শীৎনা পীরম্মু ... বী,
লশিং কাপোন পুক্লিং লুপলনি।
অশেংবা প্রেম অয়াম্বা, গতি'স্তে
অসিয়া ঈশ্বরগী খুৎশেম অশেংবা
ভাওরবা হিহোনববু। পিবিযু অয়তে
ভাসিগী শক্তম, ওনাখিদি অপুম্বা।
তাওথরি লেপ্তুবা ঈচেল, পুন্সিদা
ভস্তুনা কাওখোক্লি নহাকপু, তোল্লবা
বাঁশীগী খোঙ্গেলদা গোপীশুম ওইরেদা
বসন্ত ঋতু খোংদোইরক্লে নিংখিবা।
খরি খয়াক্ল, মখেল্লি ময়ান
খাবক মানবি খাংভমলোই মীমুদা
গতি লৈত্রবী খোংবুনি নগুণ
গীতা, তাওথহনবী শক্তি'বী নখোইদা।
ইফমদদি ওইররি গঙ্গাগুম থম্মোইদা
ইকাইবা মহাক্লা, লৈহনখি মমায়
থাবলদা মেরাগী, থুংলুরি নশাইদা
থম্মোয়গী আশা, হায়দোকপা হঙ্গোই·
হাদা পোমশাৎনবী, কৎথেদো! করে

"হিংনবস্তা লৈরবা পুনসি অহ্লাদ হিংনা হিংনা তংখাই অমা শিরবনি।" Milton

হয়েংদি কেন্নগনি, ধন্যনি কর্ম্মদো
পীরম্মু অহুবু খম্মোই'রাং পেঞ্জরে …
পীগ্রবস্থু হকচাং'মাল, লম্নানবা খোইমুদো ॥

## ৩৩। 'নিংঙমদবা'

কচ্ছগে খৈম্রে কৎঙমদে—খংজগে হোৎনজৈ খংঙমদে
নহাগী মতাং লাকঙমদে—হম্নগী ইচেল খিংঙমদে।
নংবু নিংজৈ নহান্দি—খিন্দনা কাউখি ঙরাংদি
প্রেমীক ওইনা নিংজবদি—শাওবিগদ্র খংজদে তোম্লবদি।
তাকপিগে নিংবিয়ু ননাইরা—চিংশিনবিয়ু তোম্লববু নভোন্দা
কাওবিয়ু নখোংনা-নচাদা—পেঞ্জগে নচানা মহুদা।
কোকহনবিয়ু পাপ ময়ামসে—কম্নিবু খংদবা ঐহাকসে
পাপ্ন নমহনবিন্নু ননাইসে—মপুনি নংগীনি ময়ামসে।
হাঃ মুংঙাইদা সংসার—ভৌরি অকনবনা অত্যাচার
পাপনি কম্ভবগী সাগর—চোংখৎচগে ননাইদি ঈশ্বর।
আঃ রাগ্রে তাইবংপাল— শেম্বিরি চেকশিন্না মুংপান
নংগী খুসীনি নাপল—কান্নদে খংনদে নাপল।
ওঃ খংলে পংমল্লি—থিক্সরে পুম্নমক খোংলি

"আইনদি মাঙখিগনি লাইরিক্তি লৈহৌগনি Bulwar

ওইরি ঐহাক্না পুক্নি—পাইরি খংদনা হাপমান্নি।
নংস্থ মাগীনি মরুপ—য়াওসি লাক্লো পুল্লপ
ঐস্থ হায়দোকলে কৈজুপ—পাংলসি ঐখোয় খোরুপ।
গান্ধী মহাত্মা ভারতকী—যিশু খৃষ্ট বেথেলহমগী
মপানি ভারত জাতিগী—মপুনি খৃষ্টান ধর্ম্মগী।
তাইবং লান্না পাইওমদে—অচুম্ব ওাক্ত পাংওমদে
অক্ষবনি খংনা তৌওমদে—ন'বু তম'ক্ষম নিংওমদে।
অক্ষবা কয়ানা তিল্লবা— কস্তবনি ঐহাক অওইবা
নংদি অফবনি অচুম্ব'—চেৎনা কোন'নয়ু তেল্লবা।
ঈশ্বর কৌনরি পুম'পু—কনামস্ত খংওমাক্ত্র নহাকপু
হে খরাই নহাকপু —কারগী চলাক'রবা ঐহাকপু।
হোরেন হয়েং হায়জবা— ওইররি পুন্নমক অশোয়বা
নংগী নক্ষমদা অরানবা— খংজদে ঐাদ অওইবা।
ননিংনি খংনা লাঞ্জরি— পুন্নমকপু খংওম্লোই খঞ্জরি
তেলকলে জগৎকী খোরি—পনখিরোই কদাইদা সিড়ি।
আমেরিকা হন্দক্ত কংজখি—চাওখৎপা খুদক্ত ওইজখি
ভারত মহাভারত খোকহনখি—অর্জ্জুনগী গান্ধীব ওক্লাখ।
পুন্নমক অশেংবা, ওইদবনি—লেপাত্রবা সংসার অওকপনি
জীবশিংবু অওনবা পীবনি—মীওইবা মখোয়গী লুচিংবনি।
সংসার সমাজ সন্ধ্যগী—শনি শাওই শান্তিগী—
"হেল্লি চায়ওমদে কনাবু—কনান্দা খংওমদে সংসারবু

---

"অশাওবা হায়বসি মতম খরগী অওাওবনি।" Horace

ঐবুদি হেনবিয়ু নহাক্কবু—চংজকম পীবিয়ু ননাইবু।"
খংজদে নিয়ম নোঙ্গনবা—অসিনি মাগ্নাগী কান্নবা
ভাকপিয়ু নাপপদা অঙইবা—ননাইবু ওইহল্লু অকবা।
ননাইগী ননাইনি ঐহাক্তি—নচাগী নচানি ঐহাক্তি
য়োকপিরি পুম্নমকপু নহাক্তি—পুম্নমক্কী মপুনি নহাক্তি।
খিংবিন্নু নিংজবা নহাকপু—চানবিয়ু ঈশ্বরও ঐহাকপু
তে'বাংবীয়ু নহাক্না পুম্নমকপু—কহনবীয়ু ঈশ্বরও জগৎপু॥

# ৩৪। 'মফমসিদা কনানা'!

লংশেক্কুনা অত্যাচারগী মওং
চংলক্লি অত্যাচারগী রাখল
বি, এ; এম, এ; নচিংবা
ভম্নরে তৌনরে থবক মহৈগীদমক!
হোৎননবা খন্নদ্রে মীওইবা ওইননবা;
মঙ্গুনরবা কিজোলনা লৈতেংবী
প্রকৃতিগী মমোম চাওবীদো।
"ও: পৃথিবী অনৌবা"
চৎপ্রো মহৈ, বিজ্ঞান হিংচাবা
'কালা খুদিংমক প্রকৃতিবু মতৌ তম্বনি।"

Sena ce

রানরে নখোয়না সুংঙাইহনবদো
অচুম্ব মাংগ্রে লুপ্রাবী
ফজবা ! তুংইনগ্রে সংস্কারদা প্রকৃতি
নখোয়বু —
শা অমম্তুং মী করম্ববু চাংয়গনি
অনৌবা মখল, নিংজগে 'হং-জীব'নি
লৈনিংবা মঙাংদা লৈশিনবা
শোক্লুরে অশেংবা পোক্তো
কৎহৈগ্রে হায়না নিংজশিরা ?
সংসার, "ও : পৃথিবী অনৌবা"
কালিসাদকী কাব্যরস
সেক্সপিয়রগী শব্দরস
কদোমদনো কদায়দনো ?
মরাক্সদা নং ঐগী রস ।
মানা পামথিগত্র ?
অনৌবা থুংশেমগী হংজীব
মীদি মাংগ্রে !
চমনরবা, খোংগ্রাই শৎ তিংথোক্কুনা
শান্তি শান্তি হায়গৎনরক্লি, চিনবান্দা
শান্তিদো য়াওরমগ্রে লৈতেং, মস্থুংদদি
"জানমী হায়রবসি অকবা লাইরিক অমনি মসিদা মীওইবগী
পুন্সিবু মশক খঙনবা তম্মী।" De Vigny

উক্ শেংপী মহাক্তো, শীং ওইনবীগ্রে
কনানদি খংগনি পা-পী খামম্বসিদা
হামেং রাইনবা মওংনি
খেন্নরিবা হায়রবু, তৌশিন্নবনি
এটোম বোমদি করিগী, হাপকে
খন্নার মচীদা!
হোঃ সোক্রেটিষ্ট ওবোং ইনবা
কুপ্পরে ময়াম্বু নংগী ওবোংহনা
কররম্না কগনি অমম্বদদি খেঙ্গাইনরে
করে মসিম্ব ওইরম্বা য়াই দৃশ্য অমা
মুপীগী হেওবোম্বু লারুহনা
য়োংনরে, সেকেণ্ড খরগী মতুংদা
করি খোক্কনি খংনব্রি,
মহৈ, মহৈ-মশিংদি য়াওদবা
মাংঙ্কবনি শিবদা সোক্রেটিষ্টকী
শান্তি, শান্তি অহিংসাদি য়াওদনা
লোয়নগ্রে গান্ধীগা, পুগ্রে পুন্নমক;
চেল্লিবা ঈচেন্দা কররম্না
হনগংলুগনি, পল বিংজিনঙ্কবনি মখোয়গী
মাংদনা মৈ, লেপপম্ব য়াররোই

"চাকনিবনা অয়াম য়ামদা অক কত্ত খল্লোইদবনি।"

*B*eaumont & Fletchers

চেম্বরক্লে হুগী ঈচেল, অমৃতগী মহুত্ত
হাপচল্লক্রবনা হু ভাক্ত
বিবেকানন্দগী খোলাওদা
শঙ্খী ভারতপুদি হৌগৎহনগ্রে
শান্নরি লোয়নননা শঙাইনচিংবা
হৌগৎহনগ্রে খংখ্রে নোংচুপকী নোংশা-কৈ
ফুজল্লক্লে শঙ্খী-শঙাই নোংপোক্কী তম্না
কদোমদা চেনগনি করম্না লোৎকনি
কালিদাসকী কাব্য কুঞ্জগী
কন্ব মুনিগী খাংপোক্করা ?
মহুম্ন য়ারেরোই দুষ্যন্তনা মা থোক্লম্নে
হাৎগ্রে কন্বস্মু সেক্সপিয়ারগী
মেকবেথনা, খুকম মুনখিগত্র কিবদগী
অহুদি কদোমদা, করম্না ?
"হা উরোক নমাংদনা লাং
নতুংদম্ম তেন ..." ।
সোক্রেটিষ্টকী ভবোংনা-লাংনি
অহুদম্মু পামজনা মম্লুংদা শান্নরি ;
বিজ্ঞানগী এটোম বোম্বুস্নু খিনহল্লরে
পামজনা, তুংগী রাখল তৌহৌক্রগ্রে

"মী অমগী অরাবা খুদোংখিব হায়রবসি মশা মতোমতনা ওই-হনজবনি ।" Anon

লৌখিবা তারব্র ঐখোয়গী কুঞ্জবন
নোংশা কৈনা নোংচুপকী, মতুম্ম ওইখোক্লোই
হাৎনখিগনি মখোয় মশেন মুম্নবদা
অচুদি কনানা! "মকমসিদা কনানা?"

## ৩৫। 'মচলমনিংগী ৱারী'তাই'

অভাং পোক্লে ভোন্দোন্দো
ওরাং অহিং তরাগী পুংকমদা, নিপানি
চ'ওব্র, কজব্র মচাদো? মনম্মগী ৱাহংনি
হেরা লৈশাবীনা পোকপা অঙাংনবু ওন্থোকপা
অঙকপনি কুইখিব্রিবনি লৈশাবী কাখিবা
মনপ থুৎথুৎ কনেক খরেক থাং মশম ইকা কা
মমানা অয়ুক্ত স্কুলদা ফু-ফুত্তনা খিল্লরা
অঙকপনি সংসার, মনম্মনা হায়রকই
এ! ঐখোয় লৈবাক্তদা নস্তেয়ে, জগৎ পুম্বদা
তান্নরবনে, খংনরবনে, ভৌনরবনে— লৈশাবীনা অঙকপা
করেনে নংস্ম নহান মুংদাং ঐনা কি শারিন্তৈদা

"ৱাহৈগী মপুং কাবা জ্ঞান লৈরবদি পণ্ডিত ওইবগী খোঙ্গান
য়ৌশিল্লকলবনি।" Wilson

কৈদৌরিবা ? মচলগী রাহংনি
হুই খোংলকপদা ইমুংদগী নকোক খুমজিল্লগা
ঐনা হংবদা তাশিন্নরক্লুনা নংনা খোকউবদা
কাওরব্রা ? নুমিদাংছুদা কদায়দা কৈদৌবা চৎলুরিবনো ?
ভঙ্গাথ্রে ইনম্মাসমা, ইমাখোয়দগা তাকাপরুম্নকো ইনফী,—খোংউপ
অদুদি নংমু তোন্দোন মচা পোক্লবদো নোক্রন্নুনে
কল্লিদা মী নোকরুনু, কাংলদা খুদৈ কংদবান
অতুম্ব খংগুপোৎনিনে য়াদ্রবনে ময়ামদ লোয়না !
সে, ফরে লৈশা পাখংগী মতম ঐশাখসু খংনা ক্লবনি,
কোইনৌ, শানৌ রারৌ-রাতাত অমুক নুংথলদা অহৌদি নওনা
ফত্তহৌদি খোকনগা কাওশিন্নরদুনা হৌজক কালসদি
সে তোক্লো, নংদা নওনে লোয়না খনরবনে তমফম্নে
তাকপিরম্নুকো ইমাখোয়দা ঐগীদি য়ারোইদবনি ইনম্মা
ফরেনে, তাকলোইনে, তোন্দোনগী নিপাদুবু
তা লাকপ্রা ! মশক খংলে হায়বগা
খংনদ্রিমানে চপ চান্দ, লোৎপ্রেগায়নসু হায়নৈনে
ওঃ অদুগা মমিংদি, থবক করি তৌরা হায়নগে
মমিংদি এ ! কাওথ্রেদা, থবক্লা গুণ্ডা ওইরমানে
তোন্দোনখোয়গী অহল লমম্নবু শাও লাক্কে হায়নব্রা ?

"রাখল শান্তি লৈবনা নিংথোগী লুম্ভপকগী হেন্ন মমল য়ামই।"

R. Green

য়াম্না শাওনমানে, মবু'ত্তদি য়াম্ন হকচিন্না শাওমানে
হেক উবদা কমগনিগা হায়মানে, কিজগ্রেবু
অদুবু হেক য়াই হায়রবনে মখোয় মচম্ন য়াদুনা
শোল্লগা, মীগী মচাদদা তাইনবা য়াব্রনে ?
তেংথনে, মতমক্তি হাকমনগদবা মাল্ল
কারগুম্বা তোন্দোম্ন শিংলাকপ্রবদ — সমাজনা ···
চুমইনে মতম্ন ইংনংবীনিনা ফত্তনুংদা খোকপম্নু যারবনিংনে
"হইগা শোল্লোই হাযব্রনে" মখোয় অতল-লমম্না
'লপাড় ফংলগা ? "পিতৃ পত্ত" পীযু ষারগা
শোন্দোরমানে, ষংদ্রবদি যইগা শোল্লোইদোরিমানে।

# ৩৬। 'নুংশিবীবু নুংশিবা'

ছাইবংগী মপু, নহাক্কী সংসাবদা থম্বিরী নুংশিবা
খংমোয়শেংনা, নুংশিবা নংনবু মহাক্তুবু অশেংবা ;
পুক্নংগী রাবু হায়ডমদে নহাক্কী নপান্না ওচজবা
পুম্নমক অভকপা, নহাকস্থু অমান থুংজগে অফবা।
মহাক্কী থম্মোয় লৈংকন্দা নিংথিবা শক্তম অভকপা

"আশংবনি খঙদনবা লোক্তুনা থ'ম্নবা অডুনা হেন্না চাওবা আশংবনি।"
Roche Foucalud

কামিনী-কুশুম, চম্পা-নাগেশ্বরদগী হেন্না অথুকপা
ঐগী খম্মোই খোইমুনা পাইশিনখ্রে লৈকাদা থুপ্না
খাংজেংবা ঐহাক্ন লৈহিতবু পামজদে ওইনিংই অশুপ্না।
ওইনাই চাওবী লৈরাংনি, নিংথি শক্তম মহাক্কী
কনাবু খল্লদে পুন্সিনবা, মাতবু ওইনিংই ঐহাক্কী
মেনকাস্ত মীতাদে, মোনালিশাস্ত শুমহত্তে, মাতনি ঐহাক্কী
অম্রাবতীবু মীহোদে, তাজমহলস্তু কল্লক্ক, পাঞজবনি মহাক্কী…।
মুংশিবগী লাইবু মুংশিবনা শুমহৎলা, অতকপনি
মহাক্কী মিৎয়েংদা লাই ওইরে ঐহাকস্তু, ওম্মোকপনি
গান্ধী, বুদ্ধ, মহম্মদ পুম্নমক নহাককী ননাইনি
ওইজনিংদে মখোয়শুম অকবা, ঐনা পামজবদি নহাক্তনি।
সংসারগী ইথক-ইরাং খিংজমগনি পনবিরবদি ঐঙোন্দা
পাক্লবা ইপাক্লি লোয়নাইরবা, ওইশ্রবনি মান্নবা নঙোন্দা
পিক্লবা জীব কয়াস্তু, ভুররি নংগী নশাইদা।
নঙোন্দ নংমক, ঐঙোন্দা মামক, পুনশিনবদি ওইয়ুদা।
এটোম বোম! অমাংবা, শুমহৎলি শক্তমা অরাবা
থম্বালগী শক্তম আঃ খোইমুবু কাওহল্লি চুপনিংবা
ইসপোঞ্জগী পাওডরনা হাংবা কমুং! অয়ানবান মুংঙাইবা
লৈগী শয্যা খম্মোকবু শুমহৎপা, অশেংবান মুংঙাইবা।
থম্বাল লৈরাং মহাক্লি এটোম বোমনা লম্নানবনি

"য়াও লানমীগী মরক্তা নোংশানা মকোক ওইন লৈবনা য়াওনা নোংশা লাম্মী মরক্তা মকোক ওইবদগী হেন্না কৈ।" De Foe

ইসপোঙ্গী কমুং নোমমল্লি, লৈগী শয্যাদা ওইগনি
ঐনা খোইমু ওইবনি মানা থম্বাল ওইবীনি
মানা শয্যা শেম্বীনি, ঐনা অনিমককী মপুনি।
মায়া কয়াম্ন নংগীনি মাবু থাবদি ওম্নয়োই
নতেং পাংবিয়ু ঐহাকপু, কৎচনবা পোৎলম য়াওরকই
"নুংশিবা!" নংবু অশে'ব্রা? নঙ্গণবু উরগা কল্লকই
মাতবু শেংহল্লু নোঙ্গুরি, পুকচেল নুংশিৎ ওইজয়োই।
কল্লকপনা থল্লবা, য়েংশিননবনা হাংব্রবা, নকমদদি কৈদৌদে
নংগী শক্তি হন্থখিগদ্র? অস্নম হংজবনি খংজদে
নশাইদা লৈবনি পুম্নমক নিংথৌ চাক্লিবা খাইবিদে
থোকহনবিম্নু মাবুদি— "চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকই-দে।"
মাবু ঐনা, নংগী থৌজালনা কংজগে ওইহনবিয়ু
তেংবান মপুগী শক্তম্বু লৌজনি নহাকপু, ওইবিয়ু
ঐগী রাথল পুক্লিংগী থুংহনবিগদ্র? নহাক্ল তাকপিয়ু
তম'কম পুম্বদা ননাইবু কাওদবা খুম্নাবু পিনবিয়ু।

---

"ওইথোক্তবা হায়বা রাহৈসি অপংবশিংগী ডেক্সনারিদতা য়াওই।"
Napoleon

# ৩৭। '২০শুবা শতাব্দীগী কবি'

মরামগী খংনবা ৱাংমা লাগ্না, খুদক্কা ইরিবা
কালিদাস, সেক্স'পয়ার—কাওহনবা ;
"নংনা কনানো" খুৎইদনা হৈনবা, হৈনত্র তম্বদা ?
শকুন্তলা, জু'লয়তপু– নিংশংদা,
কল্লবা শাফু বিষুবিয়সতগী হেন্ন', মিপাইহল্লে-ময়াম্বু
ডাকুগী লিচৎলা—মহুবু ;
এটোম বোমদি চারগা নিংল্লুগনু ঈশিংনা—ইংগদবোই
ওখোকপ্রো কনিংলবদি—নখোই ;
নশাগী লমজীং য়াওদনা চৎনিংলুগনু পংচত্ত—খামম্বনি
লিংজেলম্মু পতালদা—অৱাবনি ;
পুজারী ! খোংউ মথেলত্থ মতুং ইন্না চানিংবা—কজনা
ননিংনি "অক-ও"—লোম্বা ;
থাজবা মাংপ্রবা নরনাই, ঙম্নরোই অতোপ্পবু—চেকশল্লু··
মথেল য়ামপ্রে—হাওহললু ;
কান্নদবনি হায়না খল্লুখিগনু, লোইদ্রি নখোইগী-নখৌ
ওইখো ৱাৎলি—লমখৌ,
এরোপ্লেনগুম্বা অথুবা, পিয়ু জ্ঞান অয়াংবা—অকবা

"অহল ওইবনা খায়দগী পামজবদি অঙাংগী পুনশিতবুনি।"

Nervel

ওইরক্লিবা মওংদি—অচৌবা ;
নংগী নপাম্না ইংহল্লু, ঘী হৈরুরম্নু—অমুক
পাম্নে, ঈশিং—পুম্নমক ।

## ৩৮। 'ইমা পৃথিবী'

ইমা পৃথিবী নংগী নশাইদা লৈরিবা
মশিং লাকওমদ্রিবা তাইবং মায়াগী জীবপুম্বা
শেনবিযু ইমা ··· , ওইজগে মও'দো অকবা
মীওইবা, জীবশিংগী মরক্ত নংগী লুচিংবা
অপিকপা—অচৌবা, সংসার খুৎশেম অওইবা
পোৎ—জীব অপুম্বা কনাগীদমক্লো অশেংবা ?
নংগী থবক ওমজনবিযু নচাবু পাংজবা
ইমানি নহাক্কি জাতি বিজাতি লৈহন্দবা
কোইরি নহাক্ক নমান্নবীশিংগা নুমিৎকী অকোয়বা
ঋতু, হয়া ··· নথক্ত থোক্লি লোইনবা
অয়াবা কাওবিদ্র ? খনবিত্র তম'কমদা অকবা ?
মীওইবা ! পীরি অয়াবা খিৎ হেন্না, খৌগাইবা
চীং-তুরেল-পাৎ সংসারদা লৈরিবা
পুম্নমক নংগী লৈমাইদনি, লৈবিদ্র অশাওবা ?

"হাথু হাথু খওনবনা অনুতাপ পুরকই।" Thomas Fuller

তিল কাংশু লৈজরি, ময়ক্ত অচৌবা
শা ঙা ··· ! তাইবংগী সেনাপতিনি মীওইবা
অক কত্ত খোকহনবিবা, "ঈবুংঙো পুম'খোইবা"
পৃথিবী ইমাবু হয়াওহল্লি তম'কম অপুম্বা
উবিরি, মুংপাল ত্রিলোকী, নহাক্লি তৌঙম্বা
ঈশ্বর। কহনবিয়ু পুম্নমক খুংবিযুনে অমিত্রগুম্বা।

## ৩৭। জানুয়ারী ২৬ (ইং ১৯৬৯)

লাক্লে ঙসিস্থ ভারত বাসীগী নুংঙাইরবা মুমিৎ
২০শুবা চহি কুমওনগী, জানুয়ারী ২৬
ফংজবনি মহাত্মাজী, নেহরুজী, নেতাজী···লুচিংবদগী
অনৌবা ভারতবর্ষ নিংতম্নবী ইমা
জয় ভারতকী জয়, জয় জানুয়ারী ২৬ কী জয়
শাস্ত্রীজীগী মন্ত্রগা—"জয় জয়ান, জয় কিসান"
চৎলাস খুৎশয়না চাওখৎ চৌংদোন্দা
ইমা ভারত, নচাশিংবু চানবিযু পলেমও
'কংগ্রেশ' নংগী নঙন চাওহনবা দলাওইরি
সোসিয়েলিষ্ট, কম্যুনিষ্ট ··· অতোপ্পা শাদোংশিং
য়াওমল্লি, লংমল্লি ··· ॥

---

"পুনসীদা ইরোই লোইনা তানগদবদি জ্ঞান নত্তে, থবক্লি।"
Thomas Henry Hunting

অঙকপা মঙংনি, নংগী-ফিভম, নংগী-থৌঙ্গাল
অরা-অমা হাকথেংনরি তত্তনা নচাশিং
য়াত্রবনি, হয়াঙনা, পাংখোক্তবদি ঙসিবু
জানুয়রী ২৬, রি-পব্লিক ডে
লাই ওইপ্রবা নচা কয়া কয়া কংলবীনি নহাক্কি
ওইহনবিযু ঙমজবা, মখোয়গী খুভম ইপ্পবা
নিশা, পাংদবা, কত্তবনা নমহৎলি ঐখোয়দি
কোকহনবিয় লৈনাশিং হল্লক্তনবা অমুক হয়া
গতি লৈত্রে কপ্পুনব', ইমাগী নপান নত্তনা
এটোম বোম্বু লোশিরা ? অহিংসাবু পামশিরা ?
আমেরিকা, রসিয়া তমসিরা ? মুনি ঋষি ওইসিরা
তাকপিরো থম্মোয় নাপ্পদা
চংজরগে খুদক্ত, হৌজরগে হৌজিকমক
জানুয়ারী ২৬ য়েরগা পুক্নিং হরাওই-তুজ্জ্ই
ঐগী নংগী খিদনা মাগী ঐগী খায়দনা
ইমাগী সেবা হৌরসি, থিরঙমসি জাতি ভেদ
খাইরঙমসি হিন্দু মুসলিম, শিখ-ঈশাই
খংলঙমসি নোংজ্-জুংশা, কিরঙমসি শিবা-চংবা
থিরঙমসি হিংসা-অহিংসা, মত্তনা ওইরনি অকবা,
ইমাগী য়াথং কংলবদা ॥

---

"খুদোং খিবদা লেরবা মী অমগী পাওতাক কৈদৌঙৈদম্ব থাজ-ক্লগনু।"
Acsop

## ৪০। 'ইথোদু ইথোনি'

"ওঝা ওঝা মসি তাকপিয়ু
পাজি পাজি ও লৈবিয়ু
ইমা, ইমা ইক খোনবীয়ু।"
ওঝা লাক্লে ওঝা
লাইরিক পুথোরকউ লাইশুগা
ফান লৌরকউ ফলগা
তৌরিবা থৌওনা ওঝা ··· ;
পাজি যৌরক্লে পাজি
হিদাকফু পুরকউ চেকশম্না
ফক থারু ফজনা
ফর্মল ফকলেন্দা পাজি ··· ;
ইমা লাক্লে ইমা
রাইরম শংদোকউ হায়ররে
অরাৎপা য়েংশললু থোদাররে
চেকশম্না হায়রকই ইমা ··· ;
"ঐনা তৌখি তৌশিন্নবা।"
ওঝানা হায়খি মথোগী,
পাজিনা থোদাখি মথোগী,
ইমানা হায়খি মথোগী,
লাক্লে মথোয়গীগুম ইথো
মথোয়দি লোইক্লে মথো
তৌতারে ঐসু ইথো।

---

"মী অমনা নহাক্কী পাওতক পায়বদি মী অতনা নহাক্কী মমং পায়বনি।" Chesterfiel[d]

লোইরবা।